প্রেমকুমার পাওনমগী

# চৈনা ফংলবা শাদানবা



থম্বালনু পব্লিকেশন্স, য়াইরিপোক।

# কঙ্চবা

পঙ্থৌ নঙবু নুংশিবা,
নপারোনা নরা ওইরিঙৈ
লোংখ্রু নঙদি তাইবঙ কুম্মৈলক্তগী
কঙ্চরি, পঙ্থৌগী খুয়াখাদা
নপারো ঐগী পুন্সিগী অহানবা
রারোমচাগী লাইরিক
"চৈনা ফংলবা শাদানবা"
লৌশিনবিয়ু তরাম তরাম
ঙমজগে কুমজা-কুমজা খুদিং
পঙ্থৌ খুয়াখাদা কঙ্চবা ॥

তোল্লবা নচা :
প্রেমকুমার পাউনম

# ৱাহৌদোক

খৃঃ কুমজা ১৯৯৩গী জানুৱারী তাং ৫ দা "ৱাইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ" কৌবা সাহিত্যগী সংস্থান অসি লিংখৎচখিবনি। মসিগী পান্দমদি সাহিত্যগী চেফোঙ পুথোকপা. সাহিত্য নৈনবা অমসুং লাইরিক ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহনবনি। ইমালোনবু সেবা তৌবনি। থুঙংদা পুথহনা লৈরিবা সাহিত্যগী থবক্তা মীংয়েং থম্বনি। পুম্মক অসি পাঙথোকচগনি হায়না ঐগী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক "ইমা" ফোঙবদা মীয়াম মমাঙদা ঐনা ৱাশকচখি। ৱাশকচখিবগী মতুং ইন্না, তেনগ্রবা মতমসিগী মনুংদা থা ৬/৬ কী সাহিত্যগী চেফোঙ "থম্বালনু" কৌবা অমা পুথোকচরে। চেফোঙ অসিগী মঙাশুবা মশীং ফাওবা লেপ্তুনা ফোঙদোকচঞ্রে। সাহিত্য নৈনবা অমসুং কবি সন্মেলন কয়াসু পাঙথোকচঞ্রে। মসিগা লোয়ননা হৌজিক ফাওবদা মরূপ অসিগী মথাদা সাহিত্যগী লাইরিক মঙা/তরুক পুথোকপা ঙমজরে মণিপুরী অইব/অইবীশিংগী ফোটো অলবম অমগা লাইব্রেরী অমগসু থম্বা ঙমজরে। পুথোকচরিবা অসিনা মরূপকী তরুকশুবা লাইরিক্নি!

লাইরিক অসি ঐগী নুংশিগ্রবা ইনাও "প্রেমকুমার পাউনম" না ইবিবনি। মহাক চহী নৌরিবা, শুব-নোম্বা কনবা, হোৎনবদা চোকথবা লৈতবা, তুংগী আশা য়াম্না লৈরিবা অঙাংনি। মরূপকীশু মেম্বরনি। লাইরিক অসিগী ৱারী মচাশিং অসিগী মনুংদা চম্না থোকপা থরদং য়াওরবসু ঐঙোন্দদি ফনতুম নুংঙাইজে। পাবিয়ু, নৈনবিয়ু, অশোয়বা অরানবা য়াওরবরু ইনাওসিগী অহানবা থুদোলনি খনবিদুনা ঙাকপিগনি।

মরূপকী তরুকশুবা মথেল "চৈনা ফংলবা শাদানবা" খ্বাইগী থুত্তা শিন্নজরি।

**ৱঘুবীর থিয়াম**
**জেঃ সেক্রেটরী**
**ৱাইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ।**
**ৱাইরিপোক, মণিপুর।**

**জানুৱারী, ১৯৯৬।**

# অইবগী ৱারোল

অহানবমক্তদা লাইরিকসিবু পাবিগদৌরিবা মীয়াম্বু খুরুম-জরি। লাইব্রিকসিগী মাঙওইনবা ঐগী ইফমদা তোংশিনখিবা লমন অমগীদমক পাউদমজরি। ঐহাক পীশক সিক্লিভৈদগী সাহিত্যবু য়াম্না পামজরকখি। অঙাং ওইবগী হৌনশা ইমা নুবশিংগা পুন্না শান্নজবগী মহুত্তা ৱারেং, শৈরেং ইহুনা ইতোমতা তুমিন্না লৈজবগী লুংঙাইবা অমদি লোয়নরকখি। অসুম্না অচুম-অরান খঙদনা পংই ইহুনা শান্নজরম্বদগী নোংমদি ঐবু লৈকাইগী ইয়াম্বা অমনা ওঝা অমগী নাক্তা পুশিনবিরকখি। মুমিত্তো ঐ ওঝাহুগী থোঙজিন্দুদগী চেম্থোরকখি। ঐনা চেনখিবগী মরমদি ওঝাদো কনা নত্তে, সাহিত্যগী লমদা থরায় হুকচাং পুন্নমক কখোক্তুনা ইরমদম অমদি মীয়ামগীদমক ঙসিসু হিংলিবা, মৈতৈ লৈবাক শিনথুংনা শকখঙবিরিবা ওঝা "রঘুবীর থিয়ামনি"। ঐনা ওঝাহুগী থোঙজিন্দু হেক য়োবদা খনখি-বদি অসিগুম্বা সাহিত্যগী অতিয়াদা লংলবা মুমিৎকুম লেপ্লিবা ওঝা-সিগী নাক্তা করিসু খঙদ্রবা ঐনা কয়ম্না লেপ্লুগনি। অসুম্না ইতোমতা ইকায়জবনা মতম কয়া হৌরবা মতুং নোংমদি, ঐ ওঝাবু উনিংবনা হেনমনখিহুনা অমুক ওঝাগী নাক্তা চৎখি। মুমিত্তুদগী হৌনা খঙ-নিংবনা লাংতক্লরম্বা ঐবু ওঝাগী ফজরবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি সাহিত্যগী মমল য়াম্নবা পাউতাক কয়ানা ইমিৎ পাঙহনবিরকখি। ঐনসু ওঝাবু থম্মোয়দা লাচ্চহুনা মীৎকুপ খুদিং খুরুমজরকখি। অসুম্না ঐগী ৱারী মচাশিং অসি ওঝানা য়েংবিহুনা অশোয়বা অরানবা কয়া চুমথোকপিবা গৌরকখি। ৱারী মচাশিংহুগী মরক্তগী তরাদং লৌখৎলগা "চৈনা ফংলবা শাদানবা" হায়না মীংথোন্দুনা পুথোকচবা পিক্লবা ঐগী লাইরিক্তি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা

হোৎনবদা ঐগীদমক পাবুং শক্লবা ওঝাসিগী তৌবিমলদি থাহুনা লোইবা নাইররোই। চিল্লবা মতম কয়া কাইথোকপিহুনা, অহিং নুংথিল তুমদনা চাবা-থকপা খঙদনা মুমিং খুদিং হোৎনবিখি। থা ৬/৬ কী "থম্বালনু" চেফোঙদা ঐবু ৱারী মচা হাপচবগী খুদোং চাবসু ওঝানা পীবিখি। ওঝাগী লমনদি মপোক মপোক খুদিংদা শিংবা ঙম্ররোই থঞ্জে।

অরোইবদা, লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা পেন্নু প্রেস, য়াইরিপোক্কী মেনেজর অমদি স্টাফশিং, মরু ওইনা ঐগী ইয়াম্বা "চন্দ্র লাইশ্রবা" অমদি ঐবু ইখুৎ পায়হুনা তাকপী-তম্বীরিবা পাবুং শক্লবা ওঝা "রঘুবীর থিয়াম" পুন্নমকপু ঐনা শিংঙম্ররোইদবা লমন্দূগীদমক খুরুমজরি।

ঙসি ইরমদমসিগী অকিবগী শক্লোন, অমদি অওনবগী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা পুন্সিবু শান্নপোৎকুম, অশিববু ফাগীগুম নোংমতা লেপ্লক্রুবা কায়নবগী মীকপথোল, অচুম-অরানগী ৱায়েলদা অশিনগা-অহিংবগা হজিন-হজিন লাম্হেংনহুনা থরায়বু পুন্সিদগী হেন্না মীপাইহল্লক্লবা মতমসিগী লাল্লক্তা ঐস্সু ইতোমতা তুমিন্না ফমলুবা খুদিং অকিবা ফাওরকই। হংলকই, "করম্না হীংবা ঙমগনি"? তনিক্লবা থরায়শিং, অসিগীদমক ঐগী থম্মোয়শু লৈত্তারক্তে। অঙৌবা চেনা খুদিং চোংখি মীৎকী সিতনা, লেপখি ঐগী কলমস্সু। অমুকস্সু থল্লি, পুন্সিসে কথোক্লগা মীয়ামগীদমক য়াইফবরা? মসিস্সু ওইথোক্লোই। অহুদি করিগী মীনা মীবু হাৎলিবা? পুন্সিবু করিস্সু ৱাওইনদ্রিবা? কনানা লাল্লিবা? কনানা চুমগদৌরিবা? লান্দবা ঙম্বনা কনা লৈবা? মসিদগী হেঞ্জিল্লক্লবদি মোংফমগী মথক্তা মরোল মরোলগী মোংফম, অহুদগীদি কদায়দা অমুক? অস্সুম্না ৱাখল কয়াসিদগী, ৱারীমচা

তম্মাদংগী মন্নুংদা অমথক্কী মমীং লৌজহনা "চৈনা ফংলবা শাদানবা" হায়না মীংথোঙবা ঐগী পিক্লবা লাইরিক্কি। লাইরিকসিদা ম্নাওখিবা হায়কম থোক্তবা ম্নাহৈ কয়া, অশোয়-অঙাম পুম্মমক্কীদমক অহানবনি থম্মা ঙাকপিগনি।

থম্বালন্নু পব্লিকেশন্স য়াইরিপোক্না লাইরিক অসি লৌশিনবি-বগীদমক থোইদোক্না অপেনবা ফোঙদোকচবগা লোয়ননা পুম্নমকপু থুরুমজরি।

প্রেমকুমার গাউনম
য়াইরিপোক, কেক্রু।

## মনুংদা য়াওরিবশিং ঃ

## খোঙজী মখোল

তোম্বীমচা রাগী খাঙপোক্কুদা পিক্লিবা মচা'ছুমগা ঙসিস্থু হিংলি। মাগী মপুরোইবদো অঙাংহুনা থা অহুমলোম হায়রকপগী অহুরাইদগী তোম্বীমচাগী নাক্তা লাকখিদ্রবনি। মীনম্বনা থল্লবা মন্নবা ঙসিগী তাইবঙপালসিদা তোম্বীমচাগী খুত্তা প্যায়রিব। পিক্লবা মৈরাহ্নমগা মালেমগী করম্বা মচিদনো মপুরোইববু খিরুগদবা ? মাস্থু মীগী চিন্দগী হায়ফেত্তং তাখি। মাগী মপুরোইবদো সুপী অমা লৌহুনা হৌজিক হৌজিক য়াম্না মুংঙাইনা মকম অমদা লৈ। রাফমহুদা তোম্বীমচানা থক নোংমতা মতম মাঙহন্দুনা মপুরোইবগী রারী কনাদস্থু হংলুদে। মাগী পুন্সিস্থু অহুমক হিংলগে থন্দুনা ঙসিস্থু অঙাংহুমগা চহী অনী হেল্লক্লবসিফাও অহুমক হিংলি। তৌববুদি তোম্বীমচা হিংননবগী লানফমদা শিনফম খুদিং মহাও তংবা লেপ্তে। নহানমথৈ য়ু য়াম্না থক্কনবা মোহোরী অমগী জুগাল্লী ওইহুনা থবক শুরম্বনি। শেলস্থু কয়া ফজনা পীগন্দে। তোম্বীমচা মহুদগী তোক্কুনা হন্দক্তি ইম্ফালদগী নৌনা লাকপা ঠিকাদার অমগী থবক শুফম অমদা অমুক হোংলে। হন্দক্তি তোম্বীমচানা য়েংবদা ঠিকাদারদো মশক মতৌস্থু ফজৈ, মবুক মপাওস্থু ফরমগদবা মাল্লি।

খুৎশুমল মতম চানা ফংলবা য়াই। হন্দক্কি তোম্বীমচা থরায় য়াওর্না থবক্তো শুজে। মতম কুইরবনি তোম্বীমচানা খল্লক্লিবা। মচাগী ফুরিৎ খোঙগ্রাউ অহনবা অমগা, পোকপদগী অঙাংতুগী মখোঙদা শিবা ফংজরক্লিবা খোঙজী অমগা লৈবীগে খল্লক্লিবা। অদুবু মহু ঙসি ফাওবা ঙমজদরি। নহাল নোংমসু খোঙজীদো লৌগে হায়দুনা পায়খৎলুরবনি, অদুবু লুপা অনী অদুম রাংপদগী অমুক থাদরম্নবনি।

মতমদো ইঙা-ইঙেলনি। নোংসু চিফেৎ চিফেৎ চুবা হৌরক্লে। তোম্বীমচানা থবক শুরিবসে থা অমা অনী হেল্লক্লে। অদুবু খুৎশু-মন্দি ইফং ফংজদরি। কৈ কি হায়দুনা চেল্লগা শওম থেংনৈ হায়বদু তোম্বীমচাদা থোক্লরে। হান্নগা করিমত্তা হেক খেৎনদে। থবক্ত শুবা, শেলদি ফংজদবা। তশেংবদি তোম্বীমচা থবক শুবদো তোক্লিংলবনি। ঠিকাদারদুগী রাঙাং-শঙাং মীৎয়েংদো মা কয়া হৈনদে। তোম্বীমচা লাইরজরবসু পুন্সিদো মমল লৈনদি হিংনিংই। ঠীকাদারদুগী মফমদা তোম্বীমচানা পারা অমতংদি তম্বীনিংই। মুপী ওইবীগী রাংলবা মমলবু সনা-লুপাগা মদুৎ শিন্নবদি খক ওইথোক-লোই। শকফম খেৎনবা মীওইবা, থম্মোয়সু মান্নদে। তোম্বীমচা ঠিকাদারদুনা পৈশা খরা পীবিরবদি থবক শুবদো তোক্লগে খন্দুনা লৈরবনি। মুনিত্তুমদি ঠিকাদারদো রাখল খরা মুংঙাইবা মাল্লি। মোমোন নোক্না থবক শুরিবশিংদুদা হায়রকই—"হয়েংদি খুৎশুমল লোইনা পীথোক্লনি"।

ঠীকাদারদুগী রাহৈদুদা তোম্বীমচা হরাওবনা লোইরে। মুমিত্তু খরা থেঙনা থবক শুফমদগী হল্লে, তোম্বীমচা।

তোম্বীমচানা থবক শুবা চৎলমদাইদা মাগী অঙাংদু লৈকাই-গী পুংকক চাউরবী মুপীমচা অমদা হেক হেক শিন্নরম্মী। অঙাংদুদসু তোম্বীমচানা পৈশা হেক ফংবগা মাগী শরুকসু থাইবী। মুমিৎতো

অঙাংতু মশা লাইগৌ হৌবগুম উই। তোম্বীমচা পাখৎপনা লোইরে, মচাগী ফিভমতুদা। মুমিৎতুমা রানা হৌখিবা ঙাইরে। থংনবা মুমিৎনি, তোম্বীমচা ঙসিদি ঠীকাদারতুনা পৈশা পীবিরবদি মচাতু ডাক্তরদা য়েংবীরুগে থল্লি! ঙসিসু মচাতু শিন্নরম্নগা থবক শুৰুমদা লাক্লে। ঙসিদি তোম্বীমচা থবক শুবদো কয়া রাওইদে। গাড়ী মখেল অমা হেক তাবদা মমায়দো ওস্থোক্না হেক্তা য়েংই। ঠীকাদারতু লাক্লবরা হায়তুনা। তোম্বীমচা অয়ুক্কী শুরক্লিবা থবক্লি, মুমিৎতি তাশিল্লক্কদৌরে। ঠীকাদারতুসু লাক্তে। উপায় লৈতে, তোম্বীমচা। করমদি তৌনি, মুমিৎতো তোম্বীমচা থরায় নুংঙাইত নুংঙাইত য়ুমদা অতুমক হল্লক্লে। থবক শুমিন্নরিব শিংদা চৎলগেফাও হায়রমদে। অঙাংদো অস্থম অস্থম হেক্তিল্লকপা মাললি। মুমিৎ-তুগী নোংঙাললগা তোম্বীমচা মচাদ ডাক্তরদা পুরক্লে। অঙাংদগী ফিভমতুদা ডাক্তরদনা কয়া থীনদি তোম্বীমচাবু চৈবীরকখ্রে। তোম্বীমচাসু মচাগী মঙংদো খঙদবদি নৎতে, অতুবু করমদি তৌনি। লায়রবগী লাইনুংদা পুন্সিদ বন্দি ওইরুবননি। তোম্বীমচা ডাক্তর-তুনা ইরকপা চেতু পায়রতুনা য়ুম তম্না পরপ পরপ অমুক লাক্লে। মচাবু থনম্নগা লৈকাইতুদা মাগা থবক শুমিন্নবী মুপী অমগী ময়ুমদা অমুক চেল্লকই। মশাতু ইপা পাখৎনা মুপীতুদা হংজে—"ইনম্মা, ঠীকাদারদো লাকপরা? পৈশা কয়া কয়া পীরম্মী"। তোম্বীমচাগী মতৌতুদা মুপীতুনা খুমলকই - "ঠীকাদারদো ঙসি লাক্লে, নিপামচা অমা থারক্তনা হায়রম্মী। ঠীকাদারতুগী মুপীদো মচানিপা অমা পোকই হায়। মতুগী হরাওবদা ঠীকাদারদো লাকপা ঙমদ্রে, ঙসি মরি-মঙানিদি লাকপা ঙমহৈরোই হায়।

রাহৈদো তাবদা তোম্বীমচা শ্বাই লাওই। মানা খল্লমবতুগা পুংওন হেক ওন্নে। তোম্বীমচা রা অমতা ঙাংদনা অতুমক লেপ-তুনা লৈরি। মাগী থম্মোয়দদি থল্লি—"ঐনা ইচা অনাবগী হীদাক

লৈনীংঙাই শেল লৈতবগী ৱারি। অদুগা ঠীকাদারদুনা মচানিপা ফংজবগী হৱাওরি। ও! লায়রবা ঐখোয়গী অৱাবসে ইনাক খুনবশিংনদি করিমত্তা হেক খঙবিদবা জাৎনি। করিনো হৌজিক ঐনা তৌগদৌরিবা। করিগুম্বা অঙাংদুনা ফত্ত-মুংদা থোক্লগা ঐদি মাঙজরেদনা। হৌজিকপু ঐবু কদায়দগী পৈশা থিদুনা অঙাংদুগী হিদাক লৈরুনি"।

ইঙা-ইঙেন, লায়রবা ঐখোয়গীদি ৱানরবা মতমনি। ঐনা পৈশা হংলুবদা কনানবু লৈ হায়দুনা পীবিরকনি। মুমিৎসু তাশিললক্লে।

তোম্বীমচাগী মায়থোঙদো পিরাংতনা লুপ্লক্লে। মাগী মতৌদুদা মুপীদুনা অমুক হংলকই—"করি তৌরে তোম্বীমচা?"

তোম্বীমচা ৱাখল অমদা কনা কুইনা তাউরুমানে। মুপীদুগী ৱাহৈদুদা লকক তৌনা খুমলকই

—করিস্তু তৌদে, ইনম্মা।

—নংবু হৌজিক্কী চেঙগা লৈহৌদবরা?

তোম্বীমচা স্বয় মগী অমা শাংনা হোল্লদুনা তপ্না খুমলকই

— চেঙগী নত্তেদা।

—অদুদি করিগীনো?

—অঙাংদু ঙসি হুমনিরোম শুরে মশা ঙমদবা। হিদাক লৈনবা পৈশা অমতস্তু লৈতে। ঠীকাদারদুনা পৈশা পীবিরম্লবদি হিদাক লৈরুগে থল্লম্বনি।

— কয়া কন্না ঙমদবনো? ডাক্তরদা পুবা য়াদরা?

— ডাক্তরদস্তু চৎলুরে, হিদাক লৈনবা পৈশা য়াওদবদগী অদুমক হল্লক্লবনি।

তোম্বীমচাগী মতৌদ্দা মুপীদো মুংঙাইত্রমালে, মাগী লৈজরম্বা লুপা য়াম্থেখক লৌথোক্ত্না পীরকই। তোম্বীমচা পৈশাদো পায়রদ্না পরপ পরপ ল্যাক্লে। মাগী ফিজিদ্দসু লুপা তরাখক্তি কিখিবনি। হিদাক য়োনফমদো ভান্না চেন্দুনা মচাগী হিদাক অমা অনি লৈরে। অরেম্বা থরদ্ পায়রদ্না তোম্বীমচা মতম কুইনা নীংলক্লিবা মচাগী খোঙজী অমতদি লৈগে থল্লকপদো ঙসিদি লৈরগে খন্দুনা খোঙজী য়োনক্ষমদা চঙহুনা মচাগী খোঙজী অমা লৈরে। য়াম্না পীবসু নত্তে, লুপা তরানিথোইখক্তনি। অদুবু লৈতবা লায়রবা তোম্বীমচাদদি পৈশাদো কয়াদা য়ামগ্রবা। তোম্বীমচা য়ুম য়ৌরক্লে। তোম্বীমচাগী অঙাংহু ঙসিদি মমানা লৈরক্লিবা খোঙজীহু শিন্দুনা মুংশিরবা খোঙজী মখোলদো মমাবু তাহন্নিংদবা করিগীনো? মমীৎ অনীদো উইশিল্লমলে, তোম্বীমচানা য়ুম য়ৌরকপদা। অঙাংহুগী মতৌহুদা তোম্বীমচা পাখৎপনা ঙৈহাক্তী রা-লান ঙাংদনা চপ লেপ-তুনা লৈখি। মমাবু উজবদা মুম্বিৎ খুদিং নোকমী-নোকমী তৌজবা তঙাং তঙাংবা মচাগী চীনবান অনীহু ঙসিদি তোম্বীমচাগী মাঙদা অমুবা নোংগুম মুশুক মুশিল্লক্লে।

তোম্বীমচা থরায় য়াওদ্রে খঙলবা মচাহুদা খোঙজীদো শীজিন-বিরে। অহুগা অমুকসু মচাবু পোখৎলি। পিরাংতনা লুপ্লবা মায়থোঙহুদগী খোঙ্গেল ওল্লবা রাগৈনা চীনবান্দুদগী অমুকসু কৌজরকই— "ইমাগী সনাজাউবা নঙগী খোঙজী মখোলহু ইমাবু অমুক্ত তাহল্লু। করিগীনো নঙনা ঐবু লক্করিবা। ইমাদি লায়র-বীনি. অদ্না নঙগী ফজবা ফি রোল অমতসু থোনবা ঙমদে. নঙ ইমাবু রারোবরা?

তোমবীমচা মশম-মনাদো ইচাই চাইথোক্ত্না অঙাওবীগুম থরায় য়াওত্রবা মচাবু চেৎনা কোল্লহুনা খোঙ্গেল থোক্লা তেংথারি॥

# তুরি পায়দ্রবা চৌত্রকার

তম্ফা ফজরবা শক্তুগী থাম্মায়না পামজবদি নিংথিরবা লৈকোল, অমদি মাগী খুৎনা শেমজরিবা য়ুমথুগী লৈকোল মচাশিং অমম্মুং পুখ্রি মপালথুগী মালিকা মখোঙদো শেংদোকচদুনা ঙৈহাক পোথাজবথুনি।

হুমিদাংৱাইরম হুমিৎ খুদিং মানা শেমজবা মখোয়গী শুমাঙ মচিগী লৈকোলদুগী লৈ পামবী মচাশিং ঙসিস্থু মহৌশাগুম ঈশিং চাইরি। বীজয় মালি ওইরিবী তম্ফাগী মতৌদো মীংফম হোংদনা লাপলপ্না তম্ফাখোয়গী শাংলবা পুখ্রি মপালথুগী লোইরকপা মচিন্থুদা লেপ্লথুনা লৈরি। তম্ফা বীজয়বু উরকই। লৈ ঈশিং চাইরম্বথুদগী খোরক্তুনা মনাক্তা চঙলকই। বীজয় নোকফেৎ তৌনা তম্ফাবু কৌই।

—লৈ ঈশিং চাইবা লোইরম্লবরা?

—উম, ঐগীদি লোইরে। মী অমগীদি ৱাৎহৌরি।

—মী অমা হায়বা?

—হোয়।

—মীহুবু কনানো ?

— মীদ্ বুরো কনা ওইনি, চীত্রকারনে— চাত্রকার ।

—তম্ফা, নঙনা ঐবু চীত্রকার হায়না লরুবীগনু। মতুগী শরুক ইচন চন্না লরুরকউ।

—শাউনিংবরো ?

— শাউনিংববুদি নত্তেদা হায়হন্নিংদে।

— ফরে, অদো ঐনা নহাল য়েক্লকউ হায়হুনা পীখিবা ঐগী ফোটোহু য়েকপদি লোইবিরব্রা ?

—উম, য়েকপা হৌরে। লোইশিনগদবা খরদি রাংলি। অদো তম্ফা, নঙবু "গোবীন্দ" খুরম্বগা চৎপ্রা ?

—মরক মরক্তা চৎপসু য়াঙই, করিগীনো ?

—তম্ফা, নঙবু ঐগী পুন্সিদা অহানবা উখিবা মীৎকুপ্পো ঐ ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদরি। নুমিত্তো গোবিন্দগী কাং চিংবা নুমিংনি। অঙৌবা ফীজোলহনা লৈতেংলবা মীয়ামহুগী মরক্ত ঐগী মীৎসিনা উখিবদি নঙগী ফজরবা মায়থোংদো খত্তনি। নুমিৎ-তুদা ঐনা নঙোন্দা নমখিবা অঙাংবা সিন্দুরদ্ ঐদি নঙগী লাইবক্তা ঙসিফাও মমি তারমখিগদবা মাল্লি। মীৎকুপতুদা নঙগী ফজবদি হায়নিংঙাই লৈখিদবনি।

—নঙগী সিন্দুরহুগী লমন্নরা খঙদে, নুমিৎ খুদিং গোবিন্দগী কাংশি খোঙ্গেল হেক তাবদা নঙবুদি অহুমক নিংশিংই। অহুগা নঙদি অয়েকপা লাইদা তুরিনা লৈতেং হাপ্পদা নত্তনা মীবুসু থাগৎ-পা য়াম্না হৈ।

—তম্ফা, নঙগী লৈকোলসিদগী লৈ পোলাং অমত্ত হেক্লগা ঐ নোংমা কৈথেলদা য়োব্রুগেদনা। শিংলকপা পৈশাহুনা নঙ ঐ তখায় য়েন্নসি।

বীজয়গী রাহৈত্নুদা তম্ফা মোমোন নোক্লা মখা তারকই।

—মত্নুনা শিংলকপা পৈশাত্নুনা নঙগী শান্নপোৎ অমা হেক লৈজরকউ। ঐগীদি অমত্ত লৌজররোই।

তম্ফাগী রাহৈত্নুদা মখোয় অনীমক নোকমিন্নৈ। অত্নুগা তম্ফানা মখা তারকই—নুংঙাইবা প্যাউ অমা তায়না ?

—করি পাউ ?

—ভারতকী মফম অমদা লাই য়েকপা চৎকনি হায়বত্নুবু কয়াম রাংলিবগে ?

—ঙসি হুন্নিদা ঙায়শিল্লক্লে।

—মফমদি ?

—নঙগুম্না মুমিৎ খুদিং ঈশিং চাইগনবা, ফজরবা লৈকোল য়াম্না লৈবা "কাশ্মীরদনি"।

—মফমত্নুদি ঈরাং ফত্তে, থরদি চোক্‌শিনবিয়ু।

—অত্নুক রাজরিবত্নু চৎলরোইয়ে।

—করিগী ? চৎকন্নু হায়ত্নুনা মীনা থাম্বগা য়াওবরা ?

—য়াওদে, ইমা নারি। ইমাবু থাদোক্লুনা করন্না চৎকনি ?

—থরবু ফরক্লবদি চৎলুবনদি ফৈ। করিগুম্বা নঙগী অয়েকপা লাইদুনা ফজমনখিত্নুনা মনাগা চাউনা ফংলক্লবদি ঐখোয়মখত্তগী নত্তনা লৈবাক মীয়াম পুম্বগী মায় ওইগদৌরিবনি।

—নঙনা ঐবু মীরমদা তাম্থোক্লগা ঐনা হল্লকপদা নঙনা কনা-গুম্বা অমগা লুহোংলম্নবদি ?

—নদোম রানা মৈচাক খাঙজহৌরেদনা।

—অওইবরা ?

—নওংত্নুদা নুংশিদত্নুনা ফাগী তৌবনি।

—তম্ফা, নঙদি লৈ য়াম্না পামজে। কাশ্মীর লৈকোলদগী করি লৈ চার পুরকউগে ?

—নঙনা পাম্বা অমা পুরকপদো ঐগীসু অপাম্বনি। অদুগা কাশ্মীরগী লৈনম চেল্লবা লৈরাং চারদি পুরক্লনা মীংকুপকী অরং অরাক্তা ভাওখিদুনা ঐবু কাওথোকপিদুনা মীরমগী লৈরাং অমবু নাপ্পদা মথেৎপিরক্লবদি করম তৌগনি ?

—মদু ওইরগনা নঙসু অরাবা মৈচাক খাঙজহৌরেদনা।

—অওইবরা ?

—ফাগীনিদা। পাখৎকনু।

—নিংথীরবা মীরমদুদগী পুরকপা লিক্লীগী ফজরবা ইহ্-গম-লাগী ঈশিং চাইদ্রবা লৈ পাম্বী অমদি ফজরবা লিক্লীগী তাজমহল পুন্নমক্তো ঐগীসু শরুক তম্বীরকউকো ?

—ঐগী মুংভাইবগী থৌরমদুদা মীয়াম্না পীরকপা খুদোল খুদিং চেংনা য়োমদুনা পুরক্লগা নঙগী নখুত্তা পীগদোরিবনি।

—তুরি পায়রিবা নখুত্তো কাশ্মীরগী মশক মতৌ ফজরবী লৈশাবীশিংনা অপঙবা মণিপুরগী চীত্রকারসে মখুৎ য়াংহল্লগে খন্দুনা অকায়বা লিক্লী মচেৎ পীশিল্লকপদা হয়াওনা পায়রুবদা নখুত্তো য়াংগ্রবদি ?

—নঙনা পীবনি খন্না লৌরগা লোইরেদনা। লিক্লী মচেৎতুনা য়াংখিবা খুৎসিদগী তারকপা অঙাংবা ঈদুনা নঙগী শক্তম অমা য়েক্লগা পুরক্কে।

—ফরেনে। নঙনা হয়েং লাকপদদি ঐগী ফোটোদু য়েকপা লোইরগা পুবিরকউকো। অদুগনে, কাশ্মীরগী লৈকোলগী লৈরাং-শিংসু নাপ্পদা থেৎপিরকউ য়েঙবদা হেন্নদুম ফজগনিদা।

—নঙগী লৈকোলসিদা শাৎপা লৈনা লৈনম হেনগনিদা।

—লৈশক লৈচু মান্নরবসু লৈহাওগী মতুংইন্না লৈনম থেৎনরম্বা য়াই। অতোপ্পা লৈকোলগী লৈরাংশিংসু লৈনম অদুম নম্বীরকউ।

পুন্সিদা অনৌবা থৌনা অমা ফংবা থোক্লবদি লাইবক ফবা হায়বদো ওইখিবা য়াই।

—ঐগীদমক্তদি ৱাবীগনু। মতমগী খোইমুশিংগী চীয়োলনা লঙ্কাগী ৱাবণনা সীতা হুখিবগুম, নঙবুস্থ হুখিদনবা নদোম চেক-শিন্না লৈবিরম্মু।

—শম্বল লৈত্রবস্থু পুন্সিসে থম্মোয়গী অকনবা ৱাশক্লা ইদোম ৱানা ঙাম্নজরমগে। মুমিৎ কয়ানি চঙগনি?

—থ। মথায়দি চঙগনি।

—ফরে নঙশু থেঙখ্রগনি য়ৌবিরো। ঐসু চঙখ্রগে। মঙ্গল ওইবিরকউকো।

অসুম্না তম্ফা অমদি বীজয় উনরুৱবা মতুং নোং-নিনি হৌব্রে। বীজয়না চৎকদবা মুমিত্তো য়ৌশিল্লক্লে। মাগী মমাগী থৌনানা চিং-নবা অমত্তা য়াওদনা মণিপুরদগী সরকারগী মীহুৎ ওইনা থারকপা মথোয় অহুম বীজয়গা পুন্না ইম্ফালদগী কলকত্তাফাও প্লেন্দা থিল্লে। মফমহুদগী মী খরগা পুন্না কাশ্মীরফাও চৎমিন্নহুনা "ওল ইন্ডিয়া পেন্টর হোম" দা মথোয় পুন্না থুংলুরে। মুমিৎ নীনিরোম মফমহুদা পোথারে। ফেব্রুয়ারী তাং তরেৎ য়ৌশিল্লক্লুনা মথোয় থুদিংমক মায়কৈ তিন্নব্রবা লম অমমমদগী লাকপা লাই য়েকপশিংগা পুনশিন্ন-হুনা মাগী মাগী কলচর ওইনা ফজ-ফজরব, লাই অমমম য়েক্লুরে। বীজয়গীসু মৈতৈ মুপীগী শেংলবা শক্তম অমা য়েক্লমী। মাগী য়েক্লিবা লাইহু উবদা মীয়াম্না মাবু থাগৎনরম্মী। মহাকপু ভারতকী খ্বায়দগী ফবা লাইয়েকপনি হায়বগা লোয়ননা ইকায় খুম্নহুনা মনা চাউনা সরকারনা পীরকখি। মুংঙাইবনা থল্লবা বীজয় মীয়ামহুগী মরক্ত তিনবা য়াওখি। বীজয়দা মীয়ামহুনা ভমজবা খুদোলপোৎ অমমম ভমলকখি। মহুগী মতুং মথোয়না চৎকদবা মুমিৎ য়ৌরক্লে। অহুবু

মহাক্না লাকমিন্নবা মখোয় অহুমদি মফমচুগী ফজবশিং য়েংহৌখিনি হায়দুনা নৈ হৌনবগীদমক বীজয়দা খঙহল্লম্মী। বীজয়দি য়ুমদা নৈ-হৌরিবী অনাবা মমাগী খনবদা পম্বনিংদ্রে। প্লেন তোংনবগীদমক এরোড্রোমফাও খোঙনা চৎলিঙেদা মোটর সাইকল অমনা থেংদুনা মাগী ওই থংবা খোঙদো থীনা শোকখিরম্মী। ময়াম চঙদুনা মাবু অনকপা হোসপিতান্দা লায়কল্লখি। নোংঙাল্লগা নিউজ পেপর খুদিং-দা বীজয় শোকপগী মরমদা মীয়ামদা খঙহল্লম্মী। খরা থিনা শোকখিবনা ফবা খরা রারম্মী। অদুনা মখা চখনা বোম্বেগী মমিং চংলবা মেদিকেল হোসপিতাল অমদা লায়য়েং মখা চৎখরম্মী। বীজয়গীদমক সরকারনা শেলগী মতেং চাউনা পাংবিখি।

ঙসিদি তম্ফাম্মু বীজয়গী অরাবা রারীদো তারক্লে। তশেংনা মাগী থম্মোয়দুদা মীপাইজবা অমদি নিংঙমদবা কয়া ফাওরকখি। হরাওনা ইনাক্কগী চাউরবা আশা অমগা লোয়ননা চৎচখিবা মহাক্নি। মাগী পুন্সিদা লাইবক খিবসিমক থোরক্কনি খক থাজরুদবনি। রাজরবা থম্মোয়দুগী পিরাং নত্তনা করিদি নৈরি তম্ফাগী মফমদা। অম্মুম্না নোংম কাংদনা রানা ঙাইজরবা মতমদুদা থা অনী অহুম অহু-মক হৌগ্রে। মদুগী মতুং তম্ফাখোয়গী মনাক্কুদা পুবা কলেজগী ওঝা অমগা মহাক্না লুহোংনবগীদনক অহল-লমনশিংনা শিন্নবা হৌরক্লে। তশেংনা তম্ফাগী পুন্সি অহোংবা কয়ানা তত্তনা করেম্নবগুম তৌরক্লে। অদুবু মহাক্কী চেৎলবা থম্মোয়দুগী আশাদি বীজয়না হল্লকপবুনি রানা ঙাইজরিবা। পুন্নমক্কুদগী লুরিবদি বীজয়, নোংমতম্মু তম্ফাগী মনাক্না খক লেপলদ্রি।

ঙসিদি বীজয় বোম্বেগী খ্বায়দগী চাউরবা লাই য়েকফম অমদা মাগী মখোঙদো ফক্ত্রিফাওবা সরকারনা তলব পীদুনা ওঝা ওইহল্লে। উনিংবনা লাংতক্করবা হুংশিরবা মরমদম, নোংমতা উহৌদবদা মপোক অমা হৌরবোই নিংলবা তম্ফাগী নোঙ্খলবা মায়খোঙ অমদি মহাক্কী

লায়রবী ইমা, পুন্নমক উবা ফংজদনা মীরমছুদা রানা থাংলি। নোংম-নোংমগী মহাক্কী মথোঙদো থরা থরদি ফরক্লে। অসুম্না বীজয়না মীরমদা লৈখিবসি থা তরেৎ-নিপাল হেল্লক্লে। চিঠী কয়ানি য়ুমদা থাখিবা অদুবু মদুগী পাউথুমদি অমত্তফাও ফংখিদে। চিংনবা অমদি মহাকসু অদুমক লৈখি।

ঙসিদি বীজয়গী ইমাসু লৈখিদরে। পাউদু তারগা হেন্না মুংঙাইররোই থনবদগী অদুক থংহনখিদরে। অদুগা তম্ফাসু লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্লখ্রে। পুন্নমক বীজয়দি মীরমদুদা করিমত্তা থঙজদরি।

তম্ফা লুহোংগদবা মুমিৎ তরানিরোমতা ঙাইশিল্লক্লে। মাঙখিবগা চপ মান্নরবা বীজয়গী আশা থাদোক্কুনা মতিক চারবা বরছুগা অদুমক লুহোংখিবা তাবনি। মীৎতাংবনা মনি থোঙগাওনৈ, নক্করম্বা পুন্সি কয়াসু তাম্নবক্লগা কাউথোক্লরক্কুনা অমদি শক্তমশিংদো মমি শাম্নরক্কুনা কায়নবা শক্লকপা পুন্সি কয়াগী মফমদদি অনৌবা ওইরমদবা য়াই। অদুবু তম্ফাগী মফমদদি পুন্নমক্কুগা খেৎনৈ। বীজয়গী শক্তমনা তামথ্রবসু আশাদি নক্লা লৈরি ঙসিফাও। মাগী ইমা পাবুংনা হোৎনরিবশিংহু তম্ফানা কয়ারক য়ানিংদে হায়দুনা কোংদোকখ্রবনি। অদুবু ঙসিদি কনাসু ঈপাক্কুগী ঈতিনফমছুদা তিন্নীংদে হায়না থাঙলবসু ঈচেল মাদি লেপ্লক্কবনা ঈপাক্কুগী পম্বুংদি য়োরহৎদোরে। লুহোংগদবা মুমিৎসু কুইশিল্লক্লে।

অয়ুক্লি। কুইনা ফংলক্কুবা বীজয়গী চিঠী অমা ফংলম্মী তম্ফা চিঠীছু পারুবদা— তম্ফা, ঐ ডিসেম্বর লোইরকপগী খায়দা ইম্ফাল থোরক্লনি। অদুগা ইমাগী ফিভমদি করম তৌরি?

চিঠীদো পারুবদগী তম্ফা হেন্ন-হেমহুম কপখি। পুন্সিগী অহোংবশিংদো উরগা বীজয়না রারৌরককদবদো খল্লুবদা।

ড়সিদি বীজয়গী মখোঙদো করদনা কাশ্মীরদগী ইম্ফালদা থোরক্লে। অদুমু মানা য়ুম য়ৌরকপদদি মমাগী সংস্কারগী অমুবা মৈরিস্নু মুৎলম্লে। লাইরা থাঙপোক্তুস্নু শকফম ওম্লে। অমদি তম্ফা লুহোংবগী পাউস্নু তারক্লে। পুম্নমক কনাদস্নু ।।বৌনিংঙাই শৈতে। বীজয় মীংলুগী পীরাংনা মমাগী মোংফমদা তর্পন কৎলম্লে। অদুগা অরোইবা ওইনা তম্ফাগী মনাক্তা অমুক লাকখি। মীৎকুপ্তুনা উরকখি, মতম অমগী তম্ফাগী থৱায় ওইজবা নৈকোলদো ড়সিদি লোইনা কংলম্লে।

তম্ফা কাহুগী থোঙনাও মচাদো হাংদোকলুবদা বীজয় পুক্নি মপালহুদা লেপ্তুনা নৈরম্বহু উখি। ঝানা ঙাইজরম্বা শক্তমদো উবদা হরাওবগী মহুত্তা মীৎলুগী পীবাংনা মহুৎ শিনখি। থোনা ফনা থাংদোরকপা ডমদবা তম্ফাগী খোঙহুনা তপ্না তপ্না লাক্তুনা বীজয়গী মনাক্তুদা লেপ্লরে। বীজয় তমফাবু উবদা মঙাক্কী মীৎলুদা পীরাং মরিক থরা শিন্থরকখি। অদুগা নিঙমদবগী স্বর হোন্দুনা তপ্না হায়রকই —তমফা, কমদৌবি নুংঙাইরিদনা? নুংঙাইরমগনি হায়নস্নু থল্লি। নোকল্লবী মায়থোংগী মচুদি চুমথাংগুন্না মশীং য়াম্লমলোই থল্লুবনি অহুবু শক্লোন পুবী মতমনা নঙগী নাপ্লহুদা ঝারী অমদি লীরম্লনি। পুন্সিহুদা অহেনবা তানবগী নুংঙাইজবা।

তম্ফা বীজয়গী ঝাহৈশিংদো ঝা মচেৎ অমত্ত থুম্লক্তে। শিন্থ-রক্লিবা মীৎলুহুগী পীরাংশিংহু নত্তনা। বীজয় মখা তমুক তারকই।

—নঙগী নুংঙাইনগী মমল য়ামলবা মীকুপসিদা ঐগী মীৎলু পীরাংগী মায়থোঙসে পুহুনা ননাক্তা ঙৈহাক লেপ্লরবসিদা ঐবুদি লাম্না লৌগনুকো। মপু পালমগ্রে হায়বস্নু থঙই। অদুগা বোর ওইগদৌরিবা মহাক্তুস্নু মতিক য়াম্না চাম হায়না ভাই। কলেজগী ওঝানি হায়বদাই? কৈ, লাইবক ফবী হায়বহুনি।

মীজমগী ৱাহৈশিংদুদা থা বদা ৱায়বা তম্ফা থম্মোয়গী চৈনা-খোলতনা মীৎলুদগী তারক্লিবা পীরাংশিংদু তৈথোৱকপদা ইল্লিবা ফিদো পুংলুপ লুপগ্রে। অদুগা খোইশাওনবা র হৈশিংনা ।

—করিগীনো নঙনা ঐগী নাক্তা লাক্লিবা ? মীরমদুদা অদুমক লৈরুবা য়াদরা ? তম্মুক শাংলবা মতমসে নঙতগী আশাদা ঙাইজরকপনি। অদুবু ঙসিদি অরেম্বা মঙলানগী আশাদা ঙাইজবগী মমলসু ফংদরে। অহল-লমনগী কল্লবা ৱাশক্তা ঙসিদি পুন্সিসে মমল য়াওদনা লুকমাইথক্তা। ঐ পুন্সিসিগী অর্থ করিনো হায়বা খঙলক্তে।

—তম্ফা, করিগী কপলিবনো ? অহোংবা নাইবা তাইবঙসিদা পুন্সিগী লমজেলদা খোঙথাং তপ্পবা ইতোমতগী ইরালনি। লৈকাই লান্না চৎকলদবা উরীদি অনকপা উপালদতা য়েৎকলবা মহৌশানি। ঈচেল তপ্পা জমুনাসু কুমগী নোংদদি তোর্বানবু থক থিরক্তে, হায়নবদাইনে ? অহোঙবা অমথক্কীদমক অদুক থম্মোয়বু ৱাহনবা হৌনদে। নঙ-ঐগী পুন্সিগী চপ চাবা অর্থদি কায়নবা চৈথেং হায়বা অসিমক ওইরম্বা য়াই। ফরে, পুম্নমক ফৈ। অদুবু তম্ফা, ঐদি তশেংনমক লায়রবা মচানি। অরাৎপনা থল্লবা পুন্সিসিনা নঙগী লুহোংবগীনি হায়দুনা ঐ করিসু খুদোলপোৎ তম্মিংঙাই লৈতে। মসিগীদমক ঐবু ৱারোগনু। অদুবু নোংমা নঙনা য়েক্লকউ হায়দুনা পীরকথিবা নঙগী শক্তমসে য়েকপা লোইদুনা ঙসিদি পুরক্লবনি। ঐগী মমল য়াওদ্রবা তুরিনা অহানবা নঙগী শক্তমসে হৌরকপদদি চীনবান অনীসে মোমোন নোক্লা হৌখিবনি। অদুবু ঙসিদি লোইশিল্লকপসিদা নঙগী মীৎলুসিনা পীরাং মরিক থরদি শীম্মখিবনি। অদুগা মসিনা নঙোলদা পীগে হায়দুনা পুরকপা লিক্লীগী তাজমহল, অদুগা মসিনা নঙনা পামজবা লৈ চার কাশ্মীর লৈকোলদগী ঐগী খুৎনা ফুক্লকপা।

বীজয়গী রাহৈত্নদা তম্ফাগী মীত্তুদগী ইঙাগী নোংজুগুম লেপ্পনা শীন্থরক্লিবা পীরাং অমদি হুমাং কারবা থুৎশাশিংত্নুনা গুরু-গুরু নৈহৎলবা অঙোবা চেজেঙ্গো হাংদোক্তুনা বীজয়দা পীরকই।

—মসিনা করি ?

—লু . লুহোংবগী বার্তা লি। বীজয় নঙ-ঐগী লুহোংবদো য়াওবা লাকউকো। ঐগী য়াইফবগী মুমিত্তুদা মীকুপ অমত্ত ওইরবমু নঙগী তুরিদো পায়ত্নুনা ইমাংদা লেপলোলাও। মীকুপদা মীৎলু পীরাংনা থল্লগদবা ইমীৎসিনা পেন্না য়েংজহোগে, অয়োইবা ওইনা নঙগী শক্তমদো।

— তম্ফা, ঐ নঙগী লুহোংবদো শোয়দনা লাকে। অত্নবু নঙ মসিমদি রায়োরনু। সুর য়াওদবা ঈশৈ, বসন্তনা নাথৈবীরমলবা কংলবা উপালগুম, আশা য়াওদবা পুন্সিসিগী ইথুৎসিনা তুরিগী শান্নপোৎতো অমুক হন্না পায়ররোইগে। নঙনা য়ান্না পামজবা চীত্রকার হায়বা মীংঙুদি অত্নমক ঐবু মীয়ান্না কৌনখিসনু। অত্নবু ঐদি ঙসিদগী ওইরগে, তুরি পায়ত্রবা চীত্রকার হায়বদো॥

## চৈনা ফংলবা শাদাল্লবা

চৈনা ফংলবা অশোকপা অমগী খোঞ্জেলনি, অথেংবা অহিংদুদা তারিবদো। য়ুমগী মন্নুংদুদা লৈরিবা মমা-মচাদো পাখৎপনা লোইশিনরে। তত্তনা তারিবা খোঞ্জেলদুনা অমুকন্সু মরক-মরক্তা হেক হেক হায়রকই—য়ুমসে থোঙ অমুক্তা হাংউ?

অদুবু থোঙদুদি শুকহাং হাংদরি। থেঙলবা মতমনি, নোংয়াই মতুং য়ৈরম্লনি। ইমুংদুদা মমা-মচাদুনা তপ্পা ঙাংনৈ।

—অশোকপা ওইরমলোই, ইমা-ইচাবু ফাগদবগী তৌশিন্নবা ওইরিনি। নিপা অমত্তা লৈতে, খঙলদুনা।

পাখৎপনা লোইশিন্রে, মমা-মচাদো। ইমুংদুগী মমাদুনা য়াম্না থল্লায় ল্লাল্লীবদি মথোং কারকপী চহি তরাতরেৎ নিপালগী লৈশাবী মচাদুগী থনবদনি। অমদি মাগী মচানিপাদুনা হাম্না মীচম অমগা ওইরমদবনে। ঙৈহাক মমা মচাদো তুমিননা লৈরে। মমাদুনা ফক্লাং অহোবদা লোম্না য়েংই। য়াম্না চেকশিন্না মচামুপীবু কাংথোল মথাদুদা লোৎহল্লি। মীকুপ্পুদা উরকই, অশোকপদো মতোমতনি। মথোঙ নাম্মদো চীং-চীংদুনা য়াম্না ল্লানা য়ুমগী

মাঙ্গোলদা কাথ্যমল্লা হোৎনৈ। মাগী মতেঙ্গদা য়ুমদুগী মমাদুনা চেনশিল্লক্কু্না অমুক্ন্ড হায়রে।

—ইবেম্মা, অশোকপা মীনি।

মচানুপীদুনা পাখংনা হংডি কেরিগী ঙম্মমসিদদি ?

ঙৈহাক নৈরগা য়ুমদুগী থোঙদু থীল্লকই। ল্লারবা খোঙ্গেলনা,

—খোঙসে অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। ঐ অশোকপা লাম্মীনি।

ল্লাহৈদো তাবদা মমা-মচাদো অমুক হেন্না কিবা হেনগৎলকই। চঙশিন্দুনা মচানুপীদুনা ফল্লাংদা থেৎলিবা মবুংগী ফোটোদো লৌথোক্লগা ফী মনুংদা চেৎনা কোল্লি। থোঙদু তত্তনা থীল্লবদুদা ইমুংদুগী মমাদুনা কিনা কিনা থোঙদো হাংদোক্ল্লুই। অশোকপা লাম্মীদুনা মখোঙদো তপ্না থাংজিল্লকই। উনা মচুগী ফুরিৎ খোঙগ্রাও শেৎপা লাম্মীদুগী শকফমদো উবদা মমামচা কিবনা মশা পুম্বা নিকপা হেনগৎলকই। তৌববুদি লাম্মীদো মথুত্তা খুৎলাই অমত্তা পায়দে। মাগী বেল্টতা য়েপ্লিবা শোরী অমখক্তী য়াওরি। লাম্মীদুনা তপ্নঃ হায়রকই

—ইমা, ঈশিং খজিক্ত থকে।

মুপীদুনা ঈশিং পুথোরক্কু্না লাম্মীদুদা পী। লাম্মীদুনা ঈশিংও দো হাউনা থকই। মদুদগী তপ্না কমথদুনা মাগী বেল্টতা য়েপ্লিবা শোরীদো শত্তোরক্কু্না মাগী শোক্লিবা মফমদুদা মতোলদুনা থিনজিন্দুনা নোংমৈ মরুশিংদো মথং মথং লৌথোরকই। মদুদগী মকোক্তা য়েৎলিবা অমুবা ফিদুনা মাগী মখোঙদা চেৎনা কিশিল্লি।

শক্তম কায়রবা লাম্মীদুগী ফিভমদু উবদা ইমুংদুগী মুপীমচাদু কিবনা নিকপা হেনগৎলকই। মতম থরগী মাঙদা নোংমা লানমী থল্লা লাক্কু্না—„নবুং কদায়দা লৈ ?” হায়দুনা হঙবদাফুবিরম্বদো নিংশিংলকই। মুপীমচাদো ঙৈহাক তুমিন্না লেপলুরবা তুং মাগী ফী মনুংদুদা চেৎনা কোল্লম্বা মবুংগী ফোটোদো নাম্বরক্কু্না লানমীদুগী মাঙদা

তাম্বা। কাম্নরবা মীংশেল মন্থুংহুদা য়াওরম্লিবা শক্তমহু লানমীহুনা য়েংখি। নীংশিংলকই, লানমীদো শক্তমহু উকখদা। য়েক্লব ওই-রম্বা থৌনা ফবা নহা লানহৌরিবশিংহুগী লুচিংবা অমা। মতম অমদা মাতবু লানমীশিংনা খিবম্বা। অহুবু নোংমদি থৌনা ফবা নহাদো লানমী মরীমঙাগা কাপ্পবা অমদা শিমিন্নগ্রবনি। লানমীহুগী মতৌহুদা ইমুংহুগী মমাদো মচাগী ফোটোহুদা অমুক য়েং লানমী-হুদা অমুক য়েং, মমীত্তুদা পীরাংতনা অতৎ-অথম লৈত্তনা শিন্থু-রকই। লানমীদো উখোঙহুদা ঙাথবে, মমীত্তো য়েংখৎলকপদা উরকই মমাহুগী মাযথোঙদো। মীকুপ্তুদা লানমীহুনা খঙলকই। থৌনা ফবা নহাদো নুপীসিগী মচা ওইবেকো। লানমীহুনা তপ্পা ৱারী হৌরকই।

—ইমা, ঐসু ঐগী ইবমদমহুদা নঙগুম্বী ইমা অমদি ইচন লৈ-হৌরি। মখোয়হুগী খল্লুবদনি ঙসি ঐনা খুত্তগী খুৎ-াই থাদোক্লমহুনা মীচেল অমগুম লাক্লিবা। ঐখোয়গী লানমী কয়া শিহৌখি। অমদি য়েক্লবশিংগীসু …। কবিগুম্বা ঐহাকসু চঙশিন্দুনা মখোযগা হক-থেংননা থৌনা কয়া ফুদোক্তুনা লাম্থেংনবম্বা তারবদি মখোয়গীখু মী কয়া শিরমগনি, অমদি ঐহাকসু। ইখোঙসিদা মক খবা পানবা হৌরকপগী অহুরাইদা ঐহাক অহুমক চীংমায়হুদগী ইতোমতা ওন্থ-জবক্লবনি। য়েরবা ওইরিবা মখোয়হুসু মমা অমগীদি মুংশিজরবা ফিজিগী লন্নি। মখোয়সু লান্দে, ঐখোয়সু অঙম্বা কয়াগী য়াথং তুং ইম্না লাকখিবনি। মখোয়গী অপাম্বা অরাংপহুমক খন্ন-নৈনহুনা নিং-থীনা ৱারী শাম্নবগী মহুত্তা শোক্লদবা য়াদবা লানফম অমগুম ঐখোয়গী লানমীশিংগা খুৎ থোক্লহনখি। লমদমসিমক মোংফম অমগুম ওইবকনবা। চমজরবা পুন্সি কয়া অমা মাঙখ্রে। কয়া অমসু মাঙলকখিনি।

লানমীঠুগী র.চৈশিংদো অথবা মুলাংখো-কনা-কপা বাঁচিনা রারী মতেক অমা হৌরকই।

—ঐগী ইচা বোয়াই, নোংমতা কনাদস্থু কায়জখিদবনি। লাইরিক-লাইশুদা থরায় য়াওজবনি। অদুবু মতমগী লাল্লক্তা ঙসিদি ইচাদো মৈরীলক্তা মৈরানবী ওইখি।

অদুক অখাং কনবা লানমীঠুস্থু মমীত্তুদগী পীরাং শিন্নুরকই। অদুগা মাগী রারীদো মখা অমুক তারকই।

—ঐনা কোইচেল চেন্দুনা শান্নবা হৈরকপগী অদুরাইদনি, অস্থুম্না ঐখোয়গী লৈবাক্তুদস্থু লাঙ্গাও অমা থোকখি। মদুদা সিফাইশিংগী মীওৎ-মীনৈদা ঐগী ববাদো অদুমক পুন্সি লোইখি। পাল্লিবা ইচনদুমগা ঐগা পুদুনা ইমাদুনা কোইচেল-চেন্দুনা কয়া রানদি ঐখোয়বু চাউনবা য়োল্লকখি। মদুদগী হায়স্কুল অমদা ঐ লাইরিক তম্বা হৌরক্তুনা মেট্রিক পাস তৌরকখি। মদুগী চহী অমা অনীগী তুংদনি নোংমা সিফাই থনবা অমদা ঐস্থু পামদ-পামদা অদুমক য়াওরকখি। মদুগী তুং চহী তরেৎ নীপান লানমী ওইনা লৈরকখি। হন্দকী চহী অমা ২ সিদি ঐ য়ুম চৎখিদে। ছুটি থোইনা ফংখিদে? অদুবু নহালদি ঐ য়ুমদা থোরক্লনি হায়দুনা ইমাদা চিঠি ইখি। ইচন অমদি ইমানা ঐবু হরাওনা ভাইরমগনি। ঙসিগী অহিংসে হেক লোইবগা ইচনদুগীদমক ঐনা মৈতৈগী ফীরোল কয়া লৈদুনা হয়েং ঐনা চৎপদা পুগে থন্দুনা থম্লি। ভাইরমগনি ইচনদুনা নিংথীনা শেমলবা রাক্ষী পায়দুনা ঐগী খুত্তা পুন্দুনা য়াইফ মঙ্গল নিগদবগী। অদুবু ঙসিদি ঐ অঙম্বগী য়াথং তুং ইন্দুনা লানফমদুদা লাকখি। শিবা অমদি মায় পাকপগী চাংয়েংদা।

শোক্লবা লানমীদো মাগী নীংঙমদবা রারীদো লীরি। অদুবু মহাক্কী থবাক্তুদা পাল্লিবা নোংমৈ মরুদুমদি মহাক উজদরি।

মচাগুম্মবা লানমীতুগী রারী তারুবদা অমদি কায়রবা শর্কফমন্থ উরুবদা য়ুমতুগী মমাদো থম্মোয়দ্‌দা মুংশিবা ফাওরকই। লানমী-তুনা মাগী খাউ অমদগী পৈশা খরা লৌথোক্‌না পীরকই, পাথৎ-পনা লোইরমলবা মুপীমচাতুদা। মদ্‌দগী মানা শেমকপা রাক্ষী অমা পুথোরক্‌না মুপীমচাদ্‌দা পীদ্‌না মাগী খুদাংদ্‌দা পুলহল্লি। লানমীতুগী মীৎলুগী পীরাংশিংদো ইমুংতুগী মমাদ্‌না মনাক্‌দা ফমথ-রতুনা ইল্লিবা ফিতুনা তৈথোকপিরি। শক্তম কায়রবা লাম্মীতুগী মায়খোঙদা পেম্মা য়েংই, মমা-মচাতু। মীকুপ্‌দা শোক্লবা লাম্মীদো স্বর হোনবা মুংঙাইরক্লে। থংবাক্তো ফুনগৎলকই। চাক্লবা থম্মোয়-দ্‌না খাংভমদবা চৈনা কয়া হাপ্লকই। মথুৎ অনীদ্‌না কম্মা নগ্নি মতোমতা মাগী থংবাক্তো। মতমদ্‌দা ঈতনা মথুৎ অনীদো পুংলুপ লুপলক্লে। চীনবালদো মোমোন হায়ফেৎ নোক্লমলগা মমীত্তো মমা মচাদ্‌দা অরোয়বা ওইনা য়েংলমলগা অদ্‌মক উইশিনথ্রে, শোক্লবা লানমী চৈনা ফংলবা শাদানবদো॥ ☐

## তংলবা লংলা

—গীতা, নঙসে ঐগী পুন্সিদা অসুম্না ইনাক্তা লেঙদনা লৈহ্রনা ঐগীদমক ওইরক্কনি হায়বসে ঐদি খক থাজরুদবনি। অদুক ফজবা নশক্তো ঐদি মুমিৎ খুদিং নঙগী ননাক্তা ফমহ্নুনা অদুমক মীৎফম হোংদনা য়েংনিংই। নঙগী কোয়দানবা মায়থোঙদুগী লৈতেংদি চিন-বাল ময়াগী মোং হাদবা শক্রুদুনি।

—থবক অচৌবা তৌবা মীগী মুপীদি লোইনা মশক ফজগল্লি হায়, ঐখক্তা ওইরমগনি শক থীরমগদবা ?

—রাহৈদু পুথোরক্লবা হোংনবদা ইকায়থিবী মায়থোঙদুদগী থজিক কাংথংলক্লিব, চিনবাল অনীদুনা অমুক ইহেন হেন্না ফজে। ফজবা হায়বসিদি অশোয়বা লৈতে, মফম খুদিং ইফদ ফজদুনা লৈ। পীক্লবা থোঙনাউ মচাসিদা চঙলকপা থাবলগী মেঙলবা মঙালনা নঙগী মায়থোঙদুদা মমি তাবদি থাজ মঙোলদগীসু নঙনা হেন্না ফজে। খুত্তা তুরি পায়রিবা চীত্রকারনা উখিবা থোক্লবদি নঙগী শক্কমদো অনী শোয়দনা থোক্লমগনি।

—রাহৈবু হৈরবদি মীওইবদি থাগত্তুনা শিজিন্নবা য়াবনি।

—অশেংবনি, অপিকপা অঙাংনা কপ কপুন্না মমাবু খিরকপা অঙাংচুগী মমিৎকী পিরাংচু তৌশিন্নবা থক ওইরমলোই।

—অচু ওইরবদি করিগুম্বা ল্যাইবক থীবদগী ঐহাক্না নঙগী মাঙ থাদুনা শিখিবা থোক্লবদি ... ?

—মচু থক ওইথোকলোই, যমগী চুপ কয়া লাকসনু মখোয়গী মঙক কক্তুনা নঙগী থরায়বুদি ঐনা শোয়দনা মখোয়দগী মুলহৌগনি।

—ফরে, থৌনা ফবা নঙনা ঙমজরো। থেঙলে তুমথরসি।

গীতাগী নোকফেৎ তৌবা ৱাহৈদো তারমলগা এদঃ ওঃ বীরেন অচুমক তুমথগ্রে। গীতা পেম্মা নোকপা ঙমদ্রবা মহাক্কী মায়থোঙগী মরুমদা করিগুম্বা ৱাখলগী মমি অমদি কনা খঙহন্দনা লোৎলী। ঙসি চহী অহুম হেন্না এসঃ ওসিগা লৈনীম্নরক্লবনি। অচুবু ঙসিফাও মমিত্তা মচা অমত্ত উবা ফংজদ্রি। পুন্সি চুপ্পা ফংগদবা মান্দ্রে। মহাকপু মাগী নিপাতনা লুনা তৌজবনি। ইমুংচুগী মকু-মনেমশিংচুনদি মহাকপু য়ুমচুদগী চৎহন্নিংলবনি হায়বসে গীতাসু খঙই। অমগা মহাক্কী মপুরোইবা বীরেনগীদমক ইমা-পাবুংনা কনাগুম্বা অমা লুহোংনবা হোৎনরী হায়বসে মাসু খঙদবদি নত্তে। অচুবু মচুদা গীতানা থক অয়েৎপা পীখিবা লৈতে। অচুমক হন্নাও হন্নাও য়ানিংবা ফোংদোকখি। সহরগী চৎনরোলদি অঙকপনি। মতম মতমগী চাকলক্লিবা লাম্মৈদি মৈরিতবু উদবনি, মৈশাদি মকা লাম্না চাক্লীবনি থম্মোয়গী মফমদা। গীতা মহাক্কী পুন্সিদুনা ঙসি করম্বা ফীরেপ অমমুক লৌগদগে হায়বা খঙদনা ৱাখলতনা নৈহৎতুনা অদুমক তুমথগ্রে। থেঙলবা মতমনি, য়াহৌ ঙনবা উচেক-ৱায়াশিংদি ঙম্না তুমখুল তান্নখিবা মীওই কয়াবু হৌদোরক্লে।

গীতা কুইনা তুম্বা ফংজদরে, নোংঙাললক্লে : ৱাত্ত-পাদবা মুংঙাই

য়াইফকোনদা হীংজরি হায়বত্তনি গীতাগী পুন্সিদি। হীংবগী শেংলবা মহাওদো ইতং তংদবগুম উই। মুমিদাংগী থবক খুদিংমক লোইরমলগা থেঙনা তুমজরবস্মু মৈতৈ মুপীদি পুম্নমক্কী ইহান হান্না হৌগৎতুনা নোংঙাল্লকপদা ত্তৌবা য়াবা থবক খুদিংমক অমুক তৌই। গীতা মপুরোইবা অমদি ইমুংথুগী মীপুম খুদিংমক হৌগত্রিঙৈ, হৌগৎতুনা ইমুং-মাঙোল শিন্থুংনা রাই তৈতুনা অমদি ঈরু-মাইথজরতুনা বৃন্দা দেবী ইমাবু ধুপ থাতুনা অমদি অয়ুক্কী কোরৌ সূর্যনরালবুস্মু খুরুমজরি। মদুদগী চা লোন্দুনা ময়ামদুগী সেবা লোইরে। চাক অমুক থোংতুনা মপুরোইবা ওফিস কাবা নংনবা হোবে হোবে হোৎনজরি। বীরেন বাবু ঈরু মায়থজরতুনা গীতানা চাক থোংলিবা চাকশঙতুদা ফয়থুনা গীতাবু কৌকুরি। চাক লোইরে, বীরেন বাবু চাক তোক্লতুনা মাগী মাংটি অশংবদো থৌদোক্কুনা ওফিস মায়কৈ পাংখে গীতা হায়ফেত্তং খুনিং কাংতুনা য়েংজে, মপুরোইববু। তপ্না শোপ্পে—ঈশ্বর ইবুংঙো, শোইবী ঙাম্বীদবা।

মুমিত্তুগী মুমিদাংরাইরমনি। মহৈ মহৈ মীয়াম্না ঙাংনরকই। "এসঃ ওঃ বীরেন বাবুদো মখোয়গী ওফিসতা পুম্না থবক তৌমিন্নবা লৈশাবী অমা চেল্লক্লেয়ে।" পাউথু গীতাস্মু তারক্লে। মুপীদো হান্না শক খঙলম্বা য়াই, মাগী নিপাগী গাড়ীদা তোংতুনা হেক হেক য়ুমসিদা লাকখিবী য়াম্না রাং-চাওবী মুপীথু শোয়দনা ওইরমগনি। অমদি মুপীদো মপুরোইবা বীরেন বাবুগী ইমা পাবুংনা য়াম্না পামজবা লুনা তৌজবনি। গীতা কনাবুস্মু রারোবা লৈতে, কপ্পগী মহুত্তা থম্মোয় পেন্নথুম নোক্কে খনখি। মপুরোইবগী য়াইফবগী মীকুপ্পুদা মহাক্কী মায়থোঙগী অরাবগী মমিনা অমুক করেম্ননিংদরে। মুমিৎ তাশিল্লক্লে, বীরেন বাবুদো মোল্লী-মোল্লী ইমুংথুদা চঙলকই। গীতাগী মনাক্তুদা তপ্না ফমথরতুনা হায়রকই।

—গীতা, নঙ ঐবু রারোগনু। ঐদি তশেংনা লানখিদবনি।

পুন্নমক ইমা পাবুংনা শিল্লম্বনি ।

—ফরে কৈদৌবগে, ইমা-পাবুংগী য়াথং ঙাকপা হায়বসিত্থু মগা ওইবগী তৌদবা য়াদবা মথৌনি। চৎচনবা য়াথং অমখক্তংদি নফমদগী ঋানা ঙায়জরম্লিবনি।

—করম্বা য়াথং ..?

—পুন্সিসিদা তৎলবা লংলাগুম, লৈই অমগী রাংমদা লেপ্পবা নং ঐ... ।

—মতু ঐদি থক পীবা ঙমলোই গীতা। ঐদি ঙসিদি নঙবু থাদোকপা ঙমলোই হায়রিবসিনি।

—মতু নঙগী তাৎনি। খোঙফম চাদনা লেপ্লিবা কনাদা ফীজি পায়রুবা ইতোমতগী ইরানি। ঙসিদি ঋানা ঙাইজরকপা মতমদো ফংজরবা নত্রা?

—গীতা ঐ করি হায়গদবনো খঙদে। ঐ অঙাওবা হায়বদো ওইগদৌরে।

—করিগী ঙাওরুনি, হরাওনা নোকপা মীৎতগী তারকপা পীরাং মরিক অমা অনীগীবু অর্থ লৈরমগদরা? করিগী অতুক ঋাফম থোকপগে?

—গীতা, নঙনা ঙাংনিংবা পেন্না ঙাংউ, মতু পুন্নমক ঐ থাংলগে। বন্দি ফংলবা মীদি পীশিল্লকপা মরাল খুদিংমক ইপক্তা পকপনি।

—মতুম্মা পুন্সিবুত্থু লাম্না থক লৌখিগন্নু। ঐদি কনাবুত্থু ঋারৌবা লৈতে, হায়রিবসিনি। পুন্নমক লাইবক্কী হায়বতুনি। ঐ চ..ৎ ল. গে।

—গীতা, নঙ মফমসিদগী চৎলগা কনাগী থোঙজান্দা, মফম কদায়দা লৈরুগদৌরিবনো?

—মহুগী অহুক করিগী ৱারিবনো? মহুগী শরুক অনৌবা অাশাগী তেলঙ্গাহুগী লংলাদো নহাক্কী খুৎনা চেৎনা পায়হুনা নোংম-দোল পক্লা থাগৎপা ঙম্বিয়ু। ফাইরেন থাগী অঙাওবা নোংলৈ মুং-শিৎকুম্বা কয়ান। তেলঙ্গা মাগী লংলাদো তৎখিদনবা মীকুপ খুদিং শেল্লবিয়ু।

—মহু য়াদে গীতা। নঙ মুপীনি, মুমিদাংসিদা নঙ নতোমতা মীনা করি হায়নখিনি। মহু? নঙ থরা থল্লু।

—মুপী, মুপীমু মীনিনা। নিপাগা করিবু খেৎনরিবগে? নিপানা ঙম্বা থবক খুদিংমক মুপীমু লোইনা ঙম্বজাৎনি। ঐবু মতম অমুক মাঙহনবিরগনু। ঐ কনাবুমু ৱারৌবা লৈতে।

গীতা, মুমিদাংহুদা অহুমক চৎল্লে। এস: ও: বীরেন তুমিল্লা য়েংহুনা লৈহৌরে। করিদি উপাই লৈরি। লানফমগীদমক মথোঙ থাঙ্গত্তুনা লৈরবা কনাদা ৱারীমত্তং লীবিয়ু হায়না করম্না খামলুনি। মুংশিবদি হুনি, বীরেন বাবু মুংশিবদি শাম্নপোৎকুম থনখিদবনি। অহুবু পুল্সিগী লাইবক্তা নোংদম্বগী চাংয়েংনি থম্না মহাক অহুমক লৈহৌরে। মতম থরা লৈরগা এস: ও: বীরেন মুপীহুগা অহুমক লুহোংল্লে। অয়াম্বা মতমদা গীতাবুদি মহাক্না নিংশিংখিদবা নত্তে। গীতা মাম্নীনি হায়বদা ঙসিগী তাইবঙপালসিদা কনামত্তা লৈত্রবনি। অহুবু মাগী অথেঙবা অহিংগী খোঙচত্তুনা মকম কদাওদা পম্থুং ওই-রমগদবা থল্লবদা বীরেন বাবু থরা চময়রে। পুল্সিদি অঙকপনি, মরোল নাইনা কুপ্পকপা লৈরোলগা করিবু খেৎনরি।

অরিবা ৱারীবু অনৌবা থোদোক-ৱাথোক কয়ানা মহুৎ শিল-লকপা ঙাক্তনি। বীরেন বাবুমু ঙসিদি পুল্সিগী অনৌবা মহিংহুদা নোক্লা খোঙদারে। খোঙচৎ কায়রক্কবা মালেমগী মুমিৎ চৈশিংদি য়াম্নকপদনি। অমুম্না চহী থরা হৌল্লে। মতম অমদা বীরেন

মমীত্তা মচা উবা ফংজরমদবা ঙসিদি মচানিপা অমা ফংজরে। হুরাওবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে।

ঙসিদি গীতা লোক্তাকী ফুম্নীথক্তা খাঙপোক মচা অমা শাজরগা মাগী মাম্মা থোকপা অমগী য়ুমদা চংজফম লৌহনা লৈরে। মাগুম্বী কয়া মচে মচন শরুম্বী শিংহুগা লোক্তাক্তা হিবু হোন্দুনা নোংমগী চরা তাম্নবা হোৎনরিবা মথোয়শিংহুগী মরক্তা তিন্দুনা ঙসিদি মহাকস্থু মাগী মামো-মনেগী মতেং পাংবা হৌরক্লে। অরাৎপা লৈতবা সহরগী ফুরা-দলান. অশাবা মুংশিংনা কোইনা শিংলিবা পুম্নমক্তুবুদি ঙসি লোক্তাকী ফুম্নীথক্তুনা মাগী পুন্সিগীদি অশেংবা আশ্রমনি। হৈকক হেকপদা, ঙা ফাবদা শারবা কালেনগী মুংশানা য়ৈথদা কাহৎলবা মায়থোঙ, লৈক্রুক চৎলবা খুৎশাশিং পুম্নমক মাগী পুন্সিহুদা মহাও মখল অমনি। মুমিৎ খুদিং থেঙলবা অহিংগী থাবলদা অহুমক তুমিন্না মতোমতমক ফম্মী। চেক্পলনা চেৎনা থাম্নবা সহরগী লৈকোন্দূদদি নোংমতা হকচিক লাংবা ফংজরক্তুবনি। অহুবু ঙসিদি মহাকী পুন্সিদো কয়াদা মনিং তমজরবা। চীংয়াদগী হৌরকপা ঈংলবা লিরি-লিরি শিৎলকপা মালংর মানা গীতাগী শম্নাংবু হাইনা হুম্না শাম্নজব। মহুদা চোইজায়নরবা শম্নলাংশিংহুনা অহুক নিংখিজবী মায়থোঙদো খুমজিনখিবদা নিংথিবী মায়থোঙগীদমক থাগৎপিনবা কন। লৈতে, অথেংবা অহিংগী থাবলহুদা। মুমিৎ খুদিঙগী লোক্তাক্তুদা চাক্তরিবা পোম্বী চেক্লাশিং ঙসিদি গীতাগা লোইনা ইখঙ খচনবগুম তৌরক্লে।

মুমিত্তু মদি মুমিদাংরাইরমনি। গীতা লোক্তাক্তা হৈকক য়েল্লী হেক্লুরগা হি মচা অমা তোংহুনা হল্লকপনি। মহাকী মাঙহুদা মারুটি অশংবা অমা থৌরক্লগা লাপ্লপ্ন থামখি। গাড়ী মম্নুংহুদগী ম্নাং-চাউরবী মুপী অমগা কোট লিংপা নিপা অমগা কুমথরকখি।

মখোয়বু উবদা গীতা খাই লাউখি। শক্তমশিংছু অমুক শক্তাক্তু বসু গীতানা ইরায় লায়না খঙখি। মতম অমগী মহাক্কী মপুরোইবা অমদি মেম-সাহেপ । গীতা, হিছু থৌরিনা চেংনা পুনশিল্লম্নগা খোঙকাপ থুনা মাগী মামোগী খাঙপোক্তুদা পরপ পরপ চঙলকখি। মহাক্কী মতৌছুদা গীতাগী তুং ইন্দুনা বীরেন মোমোন-মোমোন নোল্লছুনা— ঈশিং খজিক্তা থকচগেবা ?

গীতা মকোক্তা য়েংলিবা চাউরবা কোকশেত্তুনা মমায় অছু তখাই অমা খুমজিল্লগা তপ্পপা খুমলকই—"য়ানি।"

রাহে অসি হায়রম্নগা ইমুঙছুদা চঙছুনা পাত্র মচা অমদা ঈশিং পুথোরক্তুনা বীরেন বাবুদা পী। বীরেন বাবু ঈশিংছু কয়াদা হাউনা থকচরিবা। ঈশিং থকপা লোইরগা নোকফেৎ তৌরছুনা
— রারৌবিবা য়াদে, মতম খরা মাঙহনজগ্রে।

রাহেসে হায়রম্নগা মহাক অছুমক থোকগ্রে। গীতানা তপ্পা খুমহৌই—"রারৌজদেদা।"

মহাক্কী পাউখুমছুদি তারমগদবা মান্দ্রে। গীতা মীকুপ্তুদা মমিত্তগী মীৎলুগী পিরাং মরিক খরদি শিন্থরকখি। পিরাংশিংছুনা করম্বা করিগী রাকৎ ওইগদৌরিবনো ? মাঙ্গেমগী ঋতুদা নত্তে, অহোঙবা নাইবা, মীওইবসু হোংলকই। মতম অমদা গীতাগী ফজরম্বা মায়থোঙবু থাগৎপিরম্বা বীরেন বাবুনা ঙসিদি গীতাগী ওল্লবা কাহৎলবা মায়থোঙছুবু শকখঙবিদনা চৎগ্রে। গীতা মাগী পুন্সিগী লোৎচরিবা শক্তমবু মীকুপ্তুদা শকখঙবীরমদবা, মাগীদি লাইবক ফবনি। লোক্তাক মপালছুদা বীরেন বাবুগা মেম সাহেপতুগা ঙৈহাক অকোয়বদা নৈরিবা লোক্তাক্কী ফজরবা দৃশ্যশিংছু য়েংলি। মেম সাহেপতুগী মুংশিরবা মাগী অঙাংছুসু পমজরি। মাসিগী তুং

ঙৈহাক নোক খেরয়গা মখোয়গী গাড়ীহুদা কাখত্তুনা অ্হ্মক ময়ুম মায়কৈগীদমক থৌবা হোৌখ্রে। গীতা, মাগী মাম্মগী পিক্লবা খাঙপোক্কুগী থোঙনাউ মচাদে৷ হাংদোক্কুনা গাড়ীহুনঃ চৎহিবা মায়কৈবু য়েংজহৌই। মীকুপ্তুদা থাম্বা য়াদনা শিম্হরক্লিবা পিরাং-শিংহুনা গীতাগী থম্মোয়দা থাংভমদবা চৈনা কয়া হাপ্লকই। মতম অমগী মা অমদি বীরেন বাবুগী মুংশিরবা রারী কয়া মীকুপ্তু দা লেপ্পরবগুম তৌই। অহুবু কয়াদা থুনা ওনখ্রবা মীওইবগী পুন্সিনো। উপাল অমদা কায়দোংমিন্নরম্বহু চেক্লাশিংনা নোংলৈ-মুংশিং অমদা পুম্নমক কায়নখিবগুম, গীতাগী পুন্সিসু মহুমক্কী। ঙসি বীরেন বাবু অমদি গীতাগী পুন্সি, শম্বা য়াত্রবা তৎলবা লংলাগুম ওইরি। তৎলবা লংলাহুগী লংজিন্দু রানা খিহুনা অমুক শমলবসু কিশিংমদি নাইরনি। মতম চুপ্পদা থম্মোয় অনীহুগী মরক্তা॥

## মংলম্বা নোং

তোম্বী নোং মরক্তুদা তফিং তফিং চেল্লক্তুনা পিল্লবা য়ুমথুগী থোঙদো মখুত্তুনা অমুক অনিরক নম্থুনা হায়রকই।

—ইচেম্মা, ইচেম্মা থোঙসে অমুক্কা হাংদোকপীয়ু?

—হায়মা! তোম্বী নোংমরকসিদা কৈদৌবা য়াওরে?

—ইচেম্মা ঐগীদি হায়জখিবথুনা লোইরে, রা অনি শুনিংদে।

—করিনো, তোম্বী নঙগী হৌনবীথু অমুক ত্তোরক্লবরা? মকোক মমৈদি হেক শম্মদনা।

—ইচেম্মা ঐগী পুন্সিগী মশক হাম্না খঙলমদ্রবসু ঙসিদি ত:শংনা মহাক্না খঙলবনি। মসিদা করিগীনো ঐবু অহুক য়োনা পাম্নিবথুবু··।

—হাইমা! নঙনা হায়রিসিদি মুহেনগী রা ওইরেদনা। খঙদেদা ইবেম্মা মানা মরোল অমা নঙবু খরা য়ানবা হোৎনবিয়ু হায়। নঙনা মরোল অমা মাবু লাক্তনবা। ঐদি নখায় অনিগী মরক্তা 'হা' হায়বদো ওলগদৌরবনি। নত্তে, নঙসু হায়জৈ হায়বগী মতীক চাউমনবে ইবেম্মা। করিনো নশাসু নহানি, নখুত্তা হাম্নগা চারুগদবথুবু।

—ইচেম্মা ঐদি বোবো অমদি অশোনবী ইমা থাদোক্লুবা চৎপা ওয়োই। পুন্সিসে অমুম্মা অতুম হিংলগে খল্লেদা। অতুনা ঐগী রখল খরা থাদোকপীয়ু হায়না তম্বিয়ু। ক্‌ন্নদবদা মতম মাঙল্লবনি। ওসিমু ঐনা হল্লকপদা লম্বীদা ঙাইরম্মী। অতুগা কৌরকই। মানা কৌরকপদো ঐ তাশিন্নদবা শাতুনা লাক্লবনি। লৈকায়গী নহারোলগা মরোল অমা ফত্তবনে, খন্ন-চৈনবা থোক্লগা মাগী ইজৎ মাঙানবনি।

—খঙদে, খঙদে ইবেম্মা! নশক খরা ফজবতুদা নঙমু অতুম মচাউথোকচরে।

—চাউথোকপগী রা নত্তে ইচেম্মা। ঐগুম্বী অমনা মহাক্তো ফংজবদি অনৌবা মপোক অমা ফংজবগুম্বনি, অতুদা।

—অতুদা করি তৌরবা? পামদে, সাহেপ কয়া লাকখিনি, ঙাইখিগে অসিরা?

—নত্তেদা, ইচেম্মনা রাখল লাম্না লৌখ্রে।

—অতুদি করি?

—হায়রিবসিনি ইচেম্মা, ঐগী রাখল থাদোকপিয়ু হায়বিয়ু। মমশিল্লক্লে, চৎপ্রগে ইমাতুমু মশা ঙমহৌদে।

—নত্তে, নঙগীসিবু চান্নবা মাবু শুকপাম পামদে অসিরা?

—করি হায়গদবনো খঙদে ইচেম্মা। ঐদি লাই ওইপ্রবা বোবোগী মপাতুনা রারৌগদবদো পামদে।

—অঙাওবী অশিবনা শিখ্রে। মখোয়গীতা খন্দুনা লৈরবদি ঐখোয়দি খোঙকাপ অমত্তফাও থাংদোকপা ঙম্মরোইনে। ঐগী রাদি মীবু রাহনবমু পুংফ-ফরমলোই। ঐনা হায়রিবসে নঙগী ফনকনি। মুম্না রাখল তৌজহৌ।

তোম্বী রা মচেৎ মত্তা থুমললমদনা নোং মরক্ত্দা অহুমক চৎ-থ্রে। ঙৈহাক লৈরে। মুহেন মোল্লি মোল্লি চঙলকই, মনেগী য়ুম-দুদা।

—ইনে, ইনে।

—হাইমা! অমমুক চৎখিবদা ঙাইরি, নঙ অমুক ...।

—করি হায়রবগে তোম্বীগী রাবু?

—খঙদেদা ইবুংঙো, পাম্মু পোৎয়োন, মুংশি মীৎয়েং হায়রবদো তোম্বীসে থরা মতৌরি। ইকন কম্না মতক্রগদবশু মমুং কনথ্রবা অঙাংনি। য়ুমসিদা চঙলকপদি লাইরদনা থেঙনবদফাও কৌবি-রক্কদবা নত্তে। তোম্বী নক্রবদি মুপী লৈতবদৌনা নঙসু।

—ইনে ঐগীনি হায়দুনা ইমা পাবুংনা ডাক্তর মুপী অমবু লুহোংনবা হোৎনবীরি। মুপীদুদি ঐনা পামদে, অদুগা তোম্বীবু পামজরুবদি ঐগী মমাংঙৈগী নমৌমুপী বীনাগা করিমত্তা হেক খেৎন-দবদ্দা। তোম্বীবু উবা থুদিং ঐদি বীনা ওইরবোইতা থল্লি।

—হোইনে, তোম্বীসে বীনাগা করিমতা হেক খেৎনদে। খেৎনরিবা হায়ববু তোম্বীনা থরা মোঙ্গবনি। লাইবক্না থিরিবদি বীনাদি মচানিপা ফংজবা মুমিৎতুদা হেক সংসার থাদোকখ্রে। অঙাংদুদি কয়াম চাউজরে?

—চাউরে, চহী নিপাল হেল্লক্রে। ঐগা লৈত্তে, মবোক্না লৈ। ঐসু তোয়না ইচাগী মনাক্তা চৎলি। তোম্বীবু ঐনা অহানবা ওইনা উখিবদি লোংমা কালেনগী মুংশা মরক্তা লম্বীগী মতাই অমদা নুং থুগায়রম্বা মুপী মরি-মঙাগী মরক্তনি। মুমিৎতুদগীনি ঙসিফাও ঐগী থম্মোয়না লৈতারক্ত্রিবা।

—করিনো ময়োমহুনা?

—বোবোগী ফুরিৎ খোঙগ্রাওনি।

—অস, আশাগদি য়াংজরিনে।

—হুম ঐ কাম্নরয়োই। ইনেগী নাক্তা সুম লেপ্পনদি। তোম্বীগী মনাক্তা চৎলগে।

মুহেনগী য়াদো তাবদা মনেদো ইপা পাখৎনা হায়রকই।

—হায়, চৎচ-লাকচরুন্নু। মুমিদাংসিদা তোম্বীগী মতৌহুদা হুরানবা চঙলে হায়দুনা লাউহুনা লৈকাইগী মী চেনশিল্লক্ল্না ফুবদা নকোক্তো কায়জনি।

—হেরা ইনে, মীবু মরম চাদনা হেক্তা ফুবা য়াবদৌনা। মখোয়দি মী নত্তবরা?

—খঙদে খঙদে, ঐগী য়াদি চৎলুন্নু হায়রিসিনি। শক ফজবা ঙাক্তনা পুকচেল শেংবা নত্তে। তোম্বীসে থম্মোয় অমা তৌইকো।

মুহেন মনেগী য়ুমহুদগী অহুমক থোকখ্রে। তোম্বী মুমিদাংগী চাক মৈ থাগত্তুনা লৈরি। মুহেন তপ্পা চঙলকই, তোম্বীগী য়ুমদা। তোম্বী ইপা পাখৎলুরমানে, খোঞ্জেল তনিক্লা হায়রকই।

— ইমা, কনানো?

মুহেন ইকায়না লাপলপ্পা লেপ্লি। মুহেনগী মতৌহুদা তোম্বী শাউনা হায়রকই।

—করিগীনো মুমিদাংসিদা লাক্লিবা? অউবা মীনা করি হায়নখিনি। কনা লৈতে মুপীনি হায়দুনা খনবরা? মী অমা ওই-রগা অমুক মায় পান্দবসিদি ঐদি অমুক্তা থেংনরক্কে। মসিদগী হেঞ্জিল্লরুবদি ঐদি লৈকায় তানবা লাউগনি।

মুহেন মায়থোঙ ঈচপমুক ঙাং, মরু লুকথনা হায়রকই।

—তোম্বী, শাওবিখিন্নু। পুন্নমক লাইবক থিরবা নবুংগী ইরাল ওইগনি। ঐগী য়াহৈ খরদং খঙহজনিংহুনা লাকচবনি।

—ঐ কনাগী রাহৈ তাজনিংদরে। ইচেম্মাদা লোইনা হায়জরমলবনি॥

—নহাক্না খল্লিবা রাখলতুগা ঐগী রাখলগা খেৎনরম্বা য়াই। মতম ৎরা অয়েংপা পীখ্রমানে নফমদা। অরানবা ঐগী পুন্সিবু গাকপিয়ু। নিংজবনা অমা, নোংদম্ববনা তম্বনা অমা ওইবগুম, নহাকপু নিংজবা ঐদি অরেম্বদা ভাগ্যদৌরি। ইশানা পামজবা লম্বীদা শেমজগা য়ারমলবদি লাইবক হায়বসিস্তু মীচং মীথাই নাইদে হায়রমগদবনি। অতুবু করমদি ভৌগনি? নহাক্কী অথাগু কনবী থম্মোয় নবুংনা খক কাউজরোই। কালেন্থাগী লৈরাংদি মুংশাগী মৈশাবু উরগা হেন্না মোমোন নোকই হায়বসে ঐ ঙসিতা খঙই। নিংথোদস্তু মৈতাল রাংলি হায়নবা লৈ, ফনস্তু পুন্সিন্থ য়াইফসন্থ অরাংপা অমদি অতুমক মরৈরমগনি। ঐগী ইফমদা অরাংপতুমক্কীনি নঙোন্দা থমজখিবা রাখল। অতুবু ফরে, ঙরাং তলব ফংবদা লৈরকপনি। বোবোগী স্কুলগী য়ুনিফোমনি, মসিদদি ইচা শক্লা থোঙরমগে। মতুংসিদা ঐ অমুক হন্না নফমদা লাক্লরোই, ঙসিগী মীকুপসিনা অরোয়বনি। চৈনা ফংলবা থম্মোয়সে অতুমক খাঙবা ওমলগে। অতুবু ঐগী রাহৈসিনা নহাক্কী থম্মোয়বুদি পেল্লমলোই হায়বা ঐ খঙই। মংলম্বা নোংগী হৌনশা থম্মোয়তুদা চিংনবা অমদি অতুমক মরৈরমগনি। মতু পুম্নমক খাদোক্লো। নোংমগী অভিধীনা স্থর রাওদনা ঙংলম্বা অতেনবা ঈশৈগী ময়েককুম, মতুম লৈরবা উচেক-রায়াশিংনা নোংমনা অমদা, নোংমনা অমদা য়ারেকলম্বগুম ঐগী মুংশিবস্তু অতুম্না খনবিরো। পুন্সিসে মতেক অংনা নোক্লকই, মতেক অমনা আশা রাংনা শাগৎচরকই। মগী থম্মোয়দি শকখঙলুদনা। নিংথাই ভৌরিবা অঙাংদা অপাইবা উচেক পীগনি হায়রুনা লীকং ভেনকাপ তমলিখা মহাক্কুগী লাইবক্তি ওম্ভোকপনি।

নোংমা নহাক্না অহানবা থেংনবা মীকুপ্তুদা ঐগী অঙাংতুনা নঙোন্দা "ইমা" কৌতুনা চেনশিনখিবা মুমিৎতো কাউবা ঙমদ্রি । মুমিৎতুদগী ঙসিফাওবা ঙংলক্লিবা ইচাগী নিংঙাই থুংহনবা ঙমগদ্রা খল্লুবনি। অতুবু কুরমদি তৌনি, ভিক্ষারি অমদা হাপ্পিগদবা মহাক্না হাদ্রিবদা... ।

ঙসাইমথৈ মুহেনগী রাইহেশিং অদু তোম্বী অতুমক তারি। করি খল্লুরবনো খঙদে, মাগী মীৎলুদা পীরাং খরদি শিন্দুরকই। মুহেন শাংলবা স্বর মপীতুনা হোল্লুরগা তপ্না হায়রকই।

—ফরে, মতমসে থেঙজিল্লক্লে। ঐ অমুক চৎখ্রগে।

মুহেন মখোঙদো তপ্না তপ্না থাংদোক্লুনা ইমুংতুদগী মপাল থোকখ্রে। তোম্বী মতোমতা খঞ্জহৌই।

—করিগীনো, ঐগী খম্মোয়না মাগী মফমদা অমুক য়াম্না কল্লরিবা। মাগী নীংঙমদবা রাইহেশিংতুদা করিগী ঐনা লোম্থোক্কবী অরগম লৈখিবা। মাখক্কুনা লানখিববনো ? ঐসু লানখি। হায়জফম থোকপা মাগী রাইহে খুদিং অরেম্বদি ঐনা ওইহনগ্রবনিদকো। মুমিত্তুদা অঙাংতুনা ঐবু মমা ওইরবোই নিংতুনা ফীজি পায়তুনা য়ান্নরকখিবা। মমা নৎতে খঙলবদা অঙাংতুগী মমীৎকী মপী, ঐ কাউদ্রি।

তোম্বী রাখল্লদা তাউক্লিবৈ মচানিপা বোবোনা হায়রকই

—ইমা, ইমা, ঐগী ফুরিং খোঙগ্রাংসে ফজদ্রা ? তু ঐঙোন্দা চপ চারকো। মীমদি ঐগী বব। শিরে হায়। ঐগী বব্না লৈকো ইমা। মীনা মচিন্থীতুনা ঙাংনবদিকো। হৌজিকীতু ঐগী ববাজি। মাদি থবকসু অচৌবা তৌরমগদবা মাজি। মশকসু য়াম্না ফজে। ফজবা ফিরোলসু শেংলি। মাদৌনা ঐসু ফজবা ফীরোল শেংলবদি শক ফজনিকো ইমা। ঐগী পেৎপারবা ফুরিং

খোঙগ্রাওসে লংথোকখ্রসি। হয়েংদগীদি নন্দ, বীজেলখোয়দা ঐগী ববা লৈ হায়ত্বনা তমগনি। অদুগা স্কুলসু হয়েংদি ঙন্না চৎকনি, টগী ফিরোলসে শেত্তুনা। ইমা, ঐ চাক্কা অমৎতা চাররোই সিগী ফুরিৎ খোঙগ্রাও শেংলবদি …।

আশা অমদা তাউজরিবা মচাবু উবদা তোম্বী মশীং থীঙমজ্রবা পিবাংতনা মায়খোঙদো লুপত্রে। তোম্বী মচাবু থেম্লকই।

—বোবো, ইমানা থবক শুরিবদো শেল হেক ফংবগা নঙগী যজবা ফুরিৎ খোঙগ্রাও লৈবীগে। অদুগীদুদি পীথোক্লক্লসি। হৌজিক্কী নিপাদুগীদু নঙগুম্বা মচা অমা লৈবনি। মদুগী ওইহনখ্রসি। সে, ফুরিৎ খোঙগ্রাওদো লৌথোরকউ।

—তম্লি কৈস্থু। ঐগী ববানা ঐগীনি হায়ত্বন্না লৈরকপা ফিবোলসিবু। নঙগী লৈবক্তে হায়ত্বনা তৌবিব্রা?

মচাগী রাহৈত্তুদা তোম্বী মচাবু য়েঙলগা হায়রকই।

—বোবো নঙগী ববা নৎত্তেয়ে। হৌজিক্কীদুদি নহালবায় নঙগী ববাগা তিন্নরম্বনি। অদুননি নহালমথৈ য়ুমসিদা লাক্কিবদো।

তোম্বী মচাবু ফনা কন্না থেম্মী। অদুবু য়াবা কৌবদি লৈত্তে বোবো। মমানা ফীরোলদো লৌথোরকউ হায়বত্থুদা বোবোদু ঙুমিদাংত্তুদা থোঙজু হাংদোক্কুনা মপালদা চেপ্থোরকই। তোম্বী মচাবু তান্নত্থুনা বোবোগী খুদাং পায়ত্থুনা ইমুঙদা অমুক পুশিল্লকই। অদুগা অরোয়বা ওইনা মাগী মীৎলু পীরাংত্তগা হায়রকই।

বোবো, ইমা নঙোন্দা ফীরোলদো লৌথোরকউ হায়ররোই। অর্থেঙবা অহিংসিদা নঙ কদায়দসু চৎখিগনু, নঙ য়ুমসিদা অত্থুমক লৈয়ুকো॥

## মহুম কায়খ্রবা পোম্বী

কোটকা অঙম্বা কয়াহুগী থোঙজীন্দুদা লেপতুননি, ইবেনীনা লাউজরিবা —। য়োৎকী মনা পানবা, হুঙগী থম্মোয়শিংহুগী মমাঙদ ···।

—ঐনা হায়বা থাজবিয়ু। ইখোলদো ঐহাক্কীনি, ইপুরোইবনা থম্বীরম্বা পিক্লিবা ইচাহুমগা ঐহাক্কীগা।

অউবশিংনদি নোক্লীংঙি ইবেনীগী রাকত্তো। অচুম্বহুদা মীপাই চাউনা রাকৎচবহুদা। হায়রুবদা য়াদে, মাগীদমক লেপলুবস্ু য়াদে, নিংথৌগা মনাইগগী অকনবা লালনী। শেম-শাবা লোইশ্রবনি, নিংথৌ অমহুৎ ফমনাইবশিং, অঙম-অথৌশিংদো ভেদহন্দুনা নম-থাকী লাংদো মায় পাক্তবা য়াদে হায়হুনা।

ইবেনী য়াম্না নহানী। নৌনা মপুরোইবা কায়নখিবনা মায়-থোঙহুমদি থরা মকশিন্না উরে। রাখলগী অপিক-অপিকপা মায়-হিংশিংতনা য়োমশিল্লক্লুনা। লমহেনবী থম্মোয় ওইরম্বদি মমাক অনী শুরম্বা য়াবনি। মশক্কে, মতোনে, অহুবু ইবেনী নোংমতস্ু রাখল লংকৈ চচ্চরুদে। মপুরোইবগী লাইর থাঙপোক্লুনা পুন্সিগী

অরোইবা য়ুম্ফম ওইজগে খনখি। পিক্লিবা মচাবু চাউবা ঙাইনা— ।
ঙংলক্তবা নত্তে, মতমগী শরাক হৈবা খোইমুশিং ইবেনীগী নাপ্লদা।
শৈশক হৈ খঙদে, হৈতে খঙদে, য়ারনি মতাগুম্নি, পাক্সল শোনবিনি। থমক্কা হৈবা, অশোনবদা থৌনা ফবা মখোয়শিংচুগীদমক ম্নাবীদবদি ঙমদে ইবেনীনা। খল্লি, থরায়সিমক থারবস্থ ইপুরোইগী য়ুম্ফমদগীদি হেল্লরোই।

ইবেনী মহাক্কী মপুরোইবনা থম্বিরম্বা ইখোল মচেত্তুগীদমক্কি, ইনাক খুনবা মহাক্কা য়ুমথংনরিবা, ইমুঙহংগা শোক্করিবা লালদো। য়ারনি হায়ত্তুনা তৌরকপনি, কনা লৈতে খন্দুনা। ইনাক খুনবচুগী হিংচা-য়াইতম্বগী মতোদো। মতম কয়া মুংশিনবা শাত্তুনা লৈম্নিম্নরম্বনি।

—ইবেনী, নমা-নচা কদায়দনো অমা চচ্চহৌরো। নখোয়না লৈরিবা য়ুম-ইখোলসি ঐখোয়গীনি। ফজনা হায়রিঙে য়াজহৌ। নত্রবদি কয়া মুংঙাইরোই। নয়ুম মৈ থাত্তুনা ভানগনি খঙঙু। কৈরোই-লৈকাইসিদা নখোয়গীদমক্তনি হায়ত্তুনা কনামত্ত চোঙথোকপিরক্কদবা য়াগদে খঙলবরা?

ইবেনী মুপী ওইজরবস্থ অচুম্বগীদমক্তদি থরায় থাবা কিজদবী মুপীনি। খ্বাংচেৎ ফৈনা লাক্তুনা চোংথোরকই।

—করি হায়বা? ইপুরোইবনা থম্বিরমত্তুনা চহী তরেৎ-নীপাল হেম্না লৈয়ক্লবা য়ুম-ইখোলসিবু নখোয়গীনি হায়বা? ফনবু ঙম্লিনে, মীগী ইখোলবু ঐখোয়গীনি লৌক্করসি হায়ত্তুনা হৌনরগা লাক্লিবা নতৈ-ননাও নখোয় অনীবো। ভোট কাদবত্তুদা শোমদা অমুক ওন্নশিল্লক্লিবরা?

খংশাউ শাউনিংলকই, ইনাক-খুনবা ইমুঙগী মতৈ-মনাওদো ইবেনীগী ম্নাহৈশিং তাবদা। কাক মানবী, শেকপীগুম্না থৌনা লৈ-

মীঙ্গো চোংশিল্লক্লুনা ইবেনীদা চিকদবগী মতাগুম হায়রকই।

—ওক্তবী নঙনা নপুল্লোইবত্থুসু নমত্থুনা চীংদ-মান্দা কোইথা থাত্থুনা হাত্তোকশিল্লেদনা। মত্থুগুম্বা ঐখোয়বুসু হাংলকদোরিবরা? নঙগা ওনশিল্লত্থুনা রা·কা ঙাংনবসে ঐখোয়দি য়াম্না কিজৈ খঙব্রা? হে, চখোক-খোংতোরকপদা মঙ্গল ওইরোইনহে।

নত্ত-নত্তবা রাহৈ কয়ানা অচুমবা সাত্থুনা থারকপা খোলদো খাঙবা ঙম্লক্তে ইবেনী।

—অত্থুগুমবা রাঙাং শঙাংগত্থুদি তৌবিরক্কসু। নখোয়না থপ হেক্তমক তৌরগা কিগদবী ইবেনী নত্তে। নখোয় লক্ষা অমা লাক্লবসু ইবেনীদি মফমসিদগী থক হেল্লরোই হায়রিবসিনি।

সুপী মমাঙ থৌনা ফবা ইনাক খুনবা ইমুঙত্থুগী নিপাদো মাগী সুপীগী মরুমদা লেপ্লত্থুনা হায়রকই।

—হায়, থৌনা ফবী সাত্থুনা ঙাংলিবী নঙ খঙগনিদো পুলিস কৌরগা ননমদো তৎপমথৈ থীনদৎহনগে। ঐখোয়গীদি হায়রিবসিনি, ঙসিগা থারগা সুম্মিৎ হুম্নি মতম থারি, মসিদা নঙ ইফ-ফজনা চৎ-হৌ নত্রবদি কয়া সুংঙাইরোই। মতুংসিদা ঐখোয়না তৌরকপা থবক খঙগনিদনা।

রাহৈসে হায়রম্লগা উচি মকোন্দা লান্দাবা লাকপা কাক অনীত্থু হনগ্রে। অশোনববু য়েংলগা থৎনবা হৌবা, অত্তোঙবদা লেপ্লগা লান্দাশিনবা মীওইবগী হৌনশানি। ভোট কাদবত্থুদা মাঙথিবা শেলদো হনঙ্গিগদ্রা হায়ত্থুনা হোৎনজরিবনি মখোয় অনীদো হৌনরগা। ওঝা মচা অমা তেক-তেক ওইজরমবনি। মত্থু তোক-থোক্লগা রাজনীতিনি হায়ত্থুনা ভোট লেপ্পরিবনি। শেল থরা তোংগদ্রা হায়ত্থুনা। অরৈবা সনা-লুপা কায়থোক্লুনা প্রজাগী

সেবা ভৌগে থম্না লেপলুরবা ভোটলা করিনো থগুদে, গুপ্নগী মমা মপা মচিন মনাওশিংগা তিন্নবা য়াদবনিনা। ইবেনীগী নিপাদশী ইখোল মচেৎ অমা লৌরগা লৈজখিবনি মতে-মনাওদো।

ইবেনী তৌকম থগুদে, করিনো তৌগদৌরিবা? হয়ানবশিং-সিগী নমথাকী লাংদা থুত্নুনা ঐবু অয়ানবা তাগদৌরিব্রা? অত্নুমা মতৌরবদি ঐগীদি করি উপায় লৈরি? ফরে, ঈশ্বরগী নোংদম হায়বত্নুনি, থোক্ল-থোক্লবা অমা লাক্লনি।

মুমিদাংয়াইরম ওইশিল্লক্লে। ইবেনী চাক থোংনবা কম্না হোৎনরি। য়োবিন্দ্রো চাকথুমদা বোড়া শেগায়বা অমা থাত্নুনা লাইরিক পারি।

মুশি-মুশিরবা পোদোন অমনা মমা-মচাগী কুম্মৈদো য়েংলত্নুনা পৈথরবা চাকশঙত্নুদা লেপ্লি। ইবেনী মথন্তা মওন মওন থল্লি। —"করিগুম্বা ইমা ইচানা মফমসিদগী চৎপা তারবদি কদায়দা লৈরুগদবা? মহুম কায়রবা পোম্বীগুম কনাগী থোঙজিন্দা লেপলুগদবা? ও। ঙসিগী সমাজসিদা লায়রবা মীচঙ সঙ্গ লৈজদবা ঐখোয়গী পুন্সিসে কয়াদা তোল্লিবা। মহাক্তুনা লৈজরমলবদি ঐ অমদি ইচা য়োবিন্দ্রোগী পুন্সিনা কয়াদা মুংঙাইজরমগদবা।" লাইরিক পানা পানা য়োবিন্দ্রোনা হায়রকই।

—ইমা, ইমা, ঐগী ববা মীরমদা থবক গুবা চৎখি হায়বদো হল্লক্লরোইদরা?

ইবেনী মঙলান অমদা তাউরুরবনি। মচাগী য়াহংদো তাবদা স্বাই লাউই। মায়থোঙত্নুদা থাম্বা নংদনা পিয়াং মরিক থরদি চেম্থ-রক্লি। চেম্থরক্লিবা পিয়াংশিংদো মচা উহন্দনা তৈথোক্লত্নুনা তপ্না থুমকই।

—উম, লাক্লনি। হন্দক্কী য়াউশগুসি নংনবা থোরক্কনি হায়-রকই।

মমাগী রাহৈদো তাবদা রোবীন শাউনা হায়রকই।

—নঙনদি লাক্লনিদা হায়, লাকপদি গুংলাক লাক্কে।

—হন্দক্কী শোয়দনা লাক্লনিয়ে। নঙগী ববাগা থবক শুমিন্নরুবা মীনা হায়রকপনি।

অসুম্না ইবেনী মচাবু শাশিন্নবা রাহৈনা থেমলি। মহাক্কী থস্মোয়নদি থল্লি—"রোবীন নঙদা চাউরোবা। ঙসি মানোক মৈশা লাকসিদা ইমানা রানা হিংলিবসে নঙগীদমক্তনিনে। মীগী মুংঙাই য়াইফরবা ফুরা-দলান ইমা থক কল্লক্কে। লায়রবা ইমাগী খাঙ-পোকসিদা ইচানা মোমোন নোক্তুনা লৈবদো ইমাগী মংৎনিনা পেন্না য়েংনিংইবনি।"

নোংমা নোংমা হৌখ্রে। ইবেনী করিস্ু রাওইদনা অত্তুমক লৈথোক্লে। মুমিত্তু মদি মুমিদাংরাইরমনি। ইবেনী কৈথেল চৎকে হোৎনরিঙৈ তাঙ্গাহুদা লৈকায়গী পাখঙ মচা অমনা চিঠী অমা ইবে-নীগীনি হায়হুনা পুশিল্লক্লম্মী। ইবেনীনা কনানা ইরক্লিবনো চিঠীসিবু করি হায়রক্লিবনো হায়হুনা নিপামচাহুদা হাংদোক্তুনা পাহল্লি।

"ইবেনী, নঙ হয়েং নিংথৌকাবা মুমিৎ জুনগী তাং ৫ সিদা ইম্ফালগী চৈরাপ কোর্টতা অয়ুক পুং ১০ ফাওবগী মমুংদা লাকদবনি। লাক্তবা তারবদি নঙনা লাল্লে হায়হুনা ঐথোয়না লৌরগনি।"

ইবেনী অহিংহুমা শুক্তুম তুম্বা য়াখিদে। মচাবু চেৎনা কোল্ল-হুনা কপচৈ। মতম কুইনা চীক্লা লৈজরক্লবা মহাক্কী লায়রা খাং-পোক্তু থাদোক্তুনা চৎলগদরা থল্লুবদা। মুংঙাইনা তুমজরিবা মচা রোবীন মহাক্কী করিস্ু থঙজস্ত্রি। —"ববা কৈদৌঙৈ হল্লকনি" হায়বা রাহংসি নত্তনা মাগীদি রাহং অমমুক লৈত্রবনি। অহবু হয়ো

য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎলবদি—"ইমা ঐখোয়না চৎলিবসি কদায়দনো ? য়ুমদা চৎলসি।" হায়বা ৱাহং অমুক হংলক্লনি। মচুদনা করি হায়না খুৱা। ইবেনী অহিংচুমা ৱাখলতনা নৈহৎতুনা তুম্বা শুকয়া য়াদনা হৌখ্রে।

নোংঙাল্লে। ইবেনী তৌবা য়াবা করিনো খরা তৌরগা চাক থোংতুনা মচাবু মবুক থম্না পীজরে। অদুগা ইবেনী মচাবু থেমলকই —রোবিন, নঙ স্কুল চৎলুরো। অদুগনে, নঙ হোরেন স্কুল হল্লকপগা ইমাবু থোঙ্গালদা ঙাইরম্মু। ইমা থবক অরুবা অমা চৎলুখিগে। খরা থেংলকপা য়াই। থেঙলক্লগনা মখাগী খুড়া চাউবখোয়দা লৈরম্মু। চৎলে, চৎলো, থেঙখ্রগনি।

—ইমা, নঙ কদায় চৎকদৌরিবনো ? ঐসু লাক্কে ?

—ছুং, নঙ লাকপা য়াদে। ইমা থুনা হল্লকনি। ঐনা হাম্না লাক্লবদি স্কুলদা নঙবু লৌবা লাক্কদৌরিবনি।

—শোয়দনা লাকউকো ইমা ?

—উম লাক্কে।

রোবিন চরাওনা স্কুল চৎখ্রে। ইবেনী মচাবু মুন্না য়েংজহৌই। মমীৎতগী পিরাংদি অতং-অথম লৈতনা শিম্মরকই। মহাক্কী পিরাংশিংচুনা মচাগী লম্বীদো থৎচিনখ্রে।

থোঙ্গাল্লোমদগী খঙহৌদনা পুলিস গাড়ী অমা থৌজিল্লক্তুনা ইবেনীবু লৌবা লাক্লম্মী। ইবেনী গাড়ীচুদা কাখত্তুনা তোংলে। অদুবু মাদা উরকই—মাগী লায়রা থাংপোক্তুনা মাবু চৎহিন্নু হায়চুনা থাম্বগুম। মাগী মীৎলু অনীদগী চেম্বরক্লিবা পিরাংশিংচুনা বিদায়দি পীরম্বনি। অরোইবসু ওইবা য়াই, বিদায়চুনা ইবেনীগী পুন্সিনা মহাক্কী থাঙপোক্তুদা। গাড়ীচুনা য়ৌবা মফম ফাওবা ইবেনী অদুমক তোংলে।

ময়ামদো ইরাং লাংলম্মী। ইনাক খুনবা মতৈ মনাঙদো নোক-খেত্তুনা লৈরম্মী। মতমগী নিংথৌ অঙম্বশিংত্তুগা ইবেনী উবদা লাংলম্বশিংহ্ তুমিন তুমিন লৈনখিত্তুনা পুংচিক হেক চিকই। অয়ুক্কী পুং তরা তারে। নমথাক্কী পর্দাদো হাইদোরক্লই। অঙম্বশিংত্তুগী মরক্তগী অমা চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই।

—নঙলা ইবেনী হায়বসে?

—হোয় মানি।

—নঙদি কয়াম কুইরে ইশ্বোলত্তুদা লৈরকপা?

—চহী মাপল্লোম ফারক্লে।

—নঙনা লৈরিবা ইশ্বোলদো ওঝা অমুগীনি হায়বসে নঙ য়ানিংবরা?

—নত্তে, মহ্ পুন্নমক মীনশ্বনি। ইশ্বোলদো ঐহাক্কীনি। ইপুরোইবনা থম্বীরম্বনি।

—ফরে, অত্থ ওইরবদি ইশ্বোলত্তুগী পটাত্থ ঐখোয়্দা উৎলু?

ইবেনী খাই লাউই। নিংশিংলকই, নোংমা মহাক্কী নিপানা হেক লৈখিদবা মতুংদা মখোয়দগী লৌথিবা ইশ্বোল মচেত্তুগী থাংঙৈ শেংবা মকম খঙদোক্নসি হায়ত্তুনা ওঝা অমুনা য়াম্না চম্বা থম্মোয় শেংবা শাত্তুনা পটাত্থ লৌখিবনি। মত্থদগী অত্থমক মগাকম্থ কাউত্তুনা পীরকউ হায়রুদ্রবনি। অমুক মখা তাশিল্লকই।

—মত্থম্থ পুথোকপা ঙমদ্রবনিনা ইশ্বোলত্থ ওঝা অমুগীনি হায়বসি নঙ য়ানিংলবরা?

ইবেনী ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংলক্তে। মমীত্তো চাগদ্রবগী মতা-ঙম য়েংত্তুনা লৈ। ফীমু শেৎপা শেংদবা থম্মোয়ত্তুদা ওনশিল্লুনা।

ঙৈহাক লৈরগা ওঝা অমুদো হৌগৎলকই। মায় পাক্লে মতা-গুম্নি। মায়থোঙ মকা লামনা উই।

—ওঝাদি পটাহ্নু পুথে৷ কপিবা ওম্বীগদ্রা ?

মীৎচিগী ৱাহংনি, ফীমু শেৎপড়্গী— । নোকফেৎ তৌনা খুমলকই ওঝা অমুদো ।

—হোয়, পুথোকচরক্কে। হায়, পটাহ্নু অমুক্তা পুথোৱকউ । মাগী নুপীদা হায়ৱকই ।

হৱাওজ্জৱকই ৰুাক মানবী, অৱং অৱাক্তা ঙাওজবী, মীৱমগী নাওশুম খুৎনা শুমলিবী, লায়ৱবা মীচঙ-সঙ্গা লৈজদবা পুন্সি কয়াগী চাকথাউবু মুন্দুনা নোক্লা নোক্লা শেৎ-শেত্তুনা চাৱিবী ওঝা অমুগী নুপী থম্বালতোম্বীদো।

—সে, সে সিদা লৈৱে।

য়েংবা ঙমলক্কে, ইবেনীগী মীৎনা কুম্মৈশিংদো হুগী লৈচিলনা কুপশিল্লকই, মহাকপু চাগদবগী মতাগুম। মীকুপতুদা ইবেনীনা উৱকই—নোংলৈ নুংশিৎ মৱক্তা কায়দোংফম লৈতব৷ উচেক মচাশিংনা কোপাই পাইবশিংহুগী অৱাবা মতৌদো । মকোক্কো ঙাওৱক্তুনা ৱাম্ৱকই ।

মহাক্কী মতৌহু উবদা খেল্লা খেল্লা নোকই, তিল্লীবা ময়ামদো। অঙাওবীসিগী মতৌসে য়েংউ য়েংউ হায়হুনা। ইবেনীনা জ্ঞান তাৱকপদা মীয়ামদো অমত্তা লৈৱমদ্রে। মহাকসু তপ্না তপ্না খোঙ থাংদোৱকই, হুগী লৈচীন্না কুপ্লবা অমুবা সংসাৱহুদগী ...

ইবেনী ৱাখলতনা অঙাওবী ওইৱে। মশম-মনাদো ইক্না ফাৱহুনা. লম্বীহুগী মতাইহুদা মখোঙদো থাংনিংগুম থাংনিংদবগুম লাক্লম্মী। মহাক্কী লায়ৱা-থাংপেক মপুৱোইবগী শেংলবা আশ্ৰম পুন্সি চুপ্পগী ওইনা বিদায় পীৱুনবা। য়াক্লবা অৱংবা হুমিৎকী মৈশাসু মঙোন্দদি অমুবা কীজোলগুম উৱকই। থাজৱক্কে, মহাক্লামী অমত্তবু অশেংবা থম্মোয় শাহুনা চৎলি-চোংলিবা।

মুমিৎ ত্‌শিল্লক্লে। খল্লকই, ইবেনী—ঙসি হায়বা মু‌মিৎসিনা ঐগী পুন্সিগী লায়র-খাঙপোক্কুদগী চঙজফম লোইরবোইরেকো।

লম্বীগী মতাইদুদা রোবীন্দো কপনা কপনা চেল্লক্লম্মী। মমাবু উবদা—"ইমা, ইমা, ঐখোয়গী য়ুমদো অরাংগী ওঝা অমুনা মী ময়াম অমা পুরক্কুনা শীদোকহৌই। অদুবু করিগীনো ইমা? দু, ববাগী ফোটোসিদু মিংশেনগা লোইনা কায়রে। মখোয়না য়ুমদু শীবদা ফল্লাংদগী তারক্কুনা কায়রিবনি; ঐনা চেনশিন্দুনা খুল্লগা পুথোরকপনি।"

মচাগী রাদো তাবদা ইবেনী খোঙ্গেল থোক্লা মচাবু কোল্লহুনা কপচরকই। লাম্মৈগী মৈশালক্তা শজী অমোমগী তেংথাখোলদি অরেম্বনি। কনাবুনোনে, ইবেনীগী রাকৎ তো তাবিগদবা? মপাগী ফোটোদু কোন্দুনা কপচরিবা য়োবীন্না হায়রকই—"ইমা, ইমা, করিগীনো নঙনা পংকপ্তা কপলিবহুবু। লাকও, য়ুম চৎলসি।"

ইবেনী মচাগী রাইদু তাদে; তনৌরবা মচাগী মথুত্তো শমহুনা নোংমতদু চৎখিদবা লম্বী অমদা চৎলি। পম্বুংগী আশাদু উদে, খোঃচৎকী পল্লেপকমদু লৈতে। তপনা তপনা থাংলিবা মমা মচাগী খোঙচৎনি। রোবীন লাংতক্লনা হংঙী—"ইমা, ঐখোয়না চৎলিবসিবু কদায়দনো? লাকও, য়ুম চৎলসি। ঐখোয়গী য়ুমদু মীনা লোয়না শীদোক্লমলনি। ঐখোয় ববাদু লাক্লবদি মখোয় ফুদেকহনগদবনি। মীগী য়ুমবু হেক্তমক শীদোকপা, মখোয় য়াম্না ফত্তেকো ইমা।

ইবেনী মচাগী রাইশিংদুদা রা মচেৎ অমত্তা থুমলক্তে। মচাবু মখুৎ শমহুনা অদুমক চৎলি। মহাকসু খঙদে, মমা-মচাগী পম্বুংফম। অদুবু ইবেনীনা নিংশিংলকপগুম তৌরকই—"মহুম কায়রবা পোম-বীগী মায়কৈ খঙদনা কোইপাই পাইরিবা চেক্লাশিংদুগী নীঙমদা খোঙ্গেলশিং চেক্লাশিংদুগী মরোল ঙসিতা খঙলকই, ইবেনীনা॥ □

## লাল্লিকসিদা চেঙ ৱালবী

কোকিলগী ইখোলহুগী লোইরকপা খা মৈরম ওইনা লৈবা খোংবোল মচাহুগী মনাকুপদগীমি হন্দক মাগী লাই অমা কাওই হায়হনা ঈরাং লাংলিবদো। মায়বা-মায়বী অফাওবা পাঙ্গী শুনা য়েঙলুরে। অচম্বা নত্তে, লন-থুম পীগে হায়হনা চঙলকপনি। মহুদনি কোকিলগী নুংগী অমুসনানা হরাওজরিবা। মহৌশানা মখোয়গী ইমুঙ লাই থাজগল্লি। অহনা হন্দকীসিগা পারকপসিদি হরাওবনা লোইরপোংনি। কোকিলগী থবক অমা হেক খোকপদা তজোপ তজোপ তৌগন্দে। হন্দকী লাই অমা কাওবদা তৌগদৌরিবসি অঙকপনি। মায়বা মায়বী মমীং নাইবা, লৈবাক্তা শকথঙবা ঙাক্তনি। লাইগী শঙনি হায়হনা শারিবহুস্থ মমল চঙনা শাগ্রপোংনি। কনা-কনাগুম্বদা ওইরবদি ফুরা-দলাম্নিফাও থনবা য়ারপোংনি। লাক্লিবা শগোলশেন, কালেনগী তরুক্কী পানবা হুমিত্তনি। লৈকাই মশীং শুনা লাইগী থৌরম য়াওনবা বার্তম তৌই। লাক্লবস্থ য়াওদে, মাগী থবক হায়বসিদবু। লৈকাই হন্নাওহনবা ওন্দী। থায়নদগী মপা-মপুশিংনা কৈয়াক্তা থারম্বনে;

অমদি কোকিলস্থ সরকারগী স্কুল অমদা ওঝা অমগা ওইজরবনিনা অহুমক ঙসিস্থ মুংঙাইরি।

ঙসিনি, লাইশঙ শঙ্গাগদৌরিবহু। মায়বা মায়বী লৈকাইগী অহন-লমন, কনাগী মুপী অঙাংশুনা তিল্লে কোকিলগী শুনাঙদা। লাইগী থৌরমহু লোইবগা ময়ামহুগী চাক্লেন অমস্থ লাংলি। শরিক পায়বী মায়বীনা য়াকাইরোল শকুনা লাইমাঙদো শেংদোক খোং-তোকই। মহুগী তুং লাইগী থৌরম হেক লোইবগা মায়বীদো লাইমাঙ ফম্বা হৌরকই। তিল্লিবা মীয়ামদো মহৈ মহৈ মচীন মেয়ে। —"লাইবাও তাশি, লাইবাও তাশি।" মায়বীহুনা শরিক্তুগা লাইবাও থারকই। লৌশিনবা হৈবা অহল অমা অনীনা ঙাংনৈ—"কোকিলসি হান্নদগীগা মুংঙাইবনে, মায়বীন। হায়রিবসি-গা ওস্থোক্না মরাইবক ফগদৌরি।" লাইগী থৌরম লোইরে ময়াম-দো লাঙলিবা চাক্লেনদো চাননবা থৌরাং তৌনরকই। মায়বা মায়বীদি মথৌ লেপ্তে। কোকিলদো পুহুনা মাগী য়ুমগী ইস্কোল মচী, চিথেক মরীদা নুঙ মচা অমমমস্থ অহুম ময়ুংলম্মী। লাই তিল ফত্তবা চঙদনবনি। মহুদগী ময়ামদো চাক চাবা তোক্লরে। অয়াম্বনা য়ুমদা হন্নখ্রে। মায়বা-মায়বী অমদি লৈকাইহুগী অহল খরাহুগা কোকিলগী মচা তরেৎ নিপালহুগখক্তবু ঙাইহৌরে। লাইগী থৌরম লোইশিল্লবনিনা মায়বী মায়বীস্থ চৎননবা থৌরাং তৌরকই। কো-কিল ভাব তাই, ঈশৈ শক্লবদি পুং য়াওই, লৈ হেক্লবদি নাঙ্গদা থেংনৈ। ইমুঙহুদা চঙহুনা মাগী উপু মমুংহুদগী লুপা চাম্মা চৎপী তরেৎ নিপাল লৌথোক্তুনা মায়বা মায়বী অনীহুদা কৎলি।

য়াম্না হন্নাওই, মায়বা মায়বী অনীদো। —"মতুংদস্থ হেক মহায়রকউ।" মকোক্তো নাম্থরহুনা মায়বহুনা হায়রম্মী। অহুগা মায়বীহুনা চৎন-চৎনা হায়রকই—"সে, সে, রা হায়গে। হন্দকী

লাইসে অচম্বা নত্তে, নিংখীনা সেবা তৌবিয়ু। অহুগনে, থা অনীগী তুংদা নঙগী ইমুঙসে মুংঙাইনা মথোই কাবদো ওইগদৌরি।

কোকিল অহুম লৈ্রেহোরে। মমশিল্লক্লে, কোকিল মাগী মুপীগা ঙসিগী চঙখিবা শেলদো বোয় অমদা পানরম্মী। লাইগী ফিরোল লৈবদা লুপা ৫০০, চাক-এঙ্গাংগীদা লুপা ২০০০, মায়বা-মায়বীগীনা লুপা ৮০০, অথেলপোত্তা লুপা ২০০, অকুপ অতাদা লুপা ৩০০, পুন্না লুপা ৩৮০০ মুক চংখ্রবনি।

মতম খরা হৌজিনখ্রে। থা অনীবু ফাজিল্লক্কদৌরে। হন্দক্তী ওস্থোকপা লীলা হায়বহুনি। কোকিলগী য়ুমদো য়ুম্বাল অমা তৌরক্লে। মহৌশা মুংঙাইরম্বদো পুমাং হেক মাঙখ্রে। মায়বীনদি থা অনীগী তুংদা মুংঙাইরক্কনি হায়রম্বনি। মহুগী ওন্ন-তৈনবদনি হন্দক কোকিলগী ইমুঙনা তৌরক্লিবসে। মচাসু মাপলনি, নিপা মরী, মুপী মঙা। অতোম্বহুগা থংনবা নিপামচাহু মথোং কয়া চাগন্দে। মানা ওইবা তাই, লৈকাইহুগী কাওন-য়েন অমা পুরক্লগা তুমিন্না লাইগী শঙ মন্থুংদা থুমোক অমনা কুপ্পগা থনম্বদো। মহুদগীরা কন্না চিংনৈ। কোকিলগী অঙাং অতোম্বহুনা কন্না নারক্লিবসে। কোকিল উপাই লৈতে, কোক্তা খুৎ হাপ্পা হায়বদো হেক য়ৌই। মুংঙাই-রম্বদগী রারকপসিদি করি অমুক হায়রুগনি।

কোকিল রাখলু তৌরকই - "লাইশঙসি অমুক্তং শেংদোক্লীংই। মহুগী পোৎ-চৈ লৈরুনবা পৈশানা কদায়দগী? অঙাং ময়ামসিগী ফিজেৎ, স্কুলগী য়ুনিফৰ্ম, মুমিৎ থুদিংগী ইমুঙগী খরচ। হান্নদি অহুক হাক্লা খল্লমদবনি।" অহুবু হন্দক্তী পুম্নমক্তুগী খনবদা কো-কিল লরাইগী শমদো মশীং খরা খরা হুম্বরকপা উই। হন্দক্তী কোকিলনা শেল পূবদা য়ুমথোং শুরে। কোকিল মখুৎ থেক্তুনা মুমিৎ মশীং পারকই। হন্দক্তী থাসিনা থা ফাগদবা কয়ানি রাং-

লিবা। ফংলক্কদবা তলবপুদি চংখিগদবা শেলনা হেনবচু উবদা কোকিল থম্মোয়দো হরাওজবা ঙমদে। ঙৈহাক রাখল তৌরম্লগা লৈকাইহুদা কোইচেল চেন্দুনা কোকিল শেল থরা পূরুরে। শেলঙ্গু মাগী মুপীদা শিন্নে।

—সে, লুপা য়াঙ্খেসিমনা চেং রাল্লকও। অতুগা লুপা চাম্ম-সিনা লাইগী পোৎচৈ লৈরক্লো। ঐনা য়াঙ্খে অমা পায়রিবসিনা ইবুংঙোমচাগী হিদাক লৈরুরগে।

অমুসনা খাউতুমগা কৈথেল তম্না লাকই। মচা ময়ামগী হোৎ-নবদা শকক্ষম খরদি ওল্লে। কৈথেল য়ৌরে, লাইগী পোৎচৈশিং লৈবা লোইরে। মতুদগী চেঙ রাননবা তুকান তম্লকই। অমুসনা ফিজিদগী লুপা য়াঙ্খেদো লৌথোক্লগা—সে ইনম্মা, চেঙ ছের মঙা খক্তা পীয়ু।

—হায়মা! অমুসনা নঙবু চেঙগা রাল্লবরা?

তুকান কম্লীবী মুপীতুগী রাহৈনি। অমুসনা মখা তারকই।

—পীতুম পীরকও, মতমগা ফত্তবসিদা থেঙনা মম্না চৎপগা কীজৈ। ঙরাংস্থ মিন্নু থোঙদা কাপ্পে। নহালনা কৈথেল পোৎ-চক্তো! ঙসিগীদি খঙদ্রি। খায়দস্থু থোক্কদৌরিগরা?

তাঞ্জাহুদা মখোল অমা তারকই। অমুসনা পাখৎপনা লোই-শ্রে। ময়ামদো মহৈ-মহৈ চেন্নরকই। অমুসনা খাউতুমগা থরায় তিংনবা ময়ুম তম্না চেল্লকই। কোম্হোংদো হেক কানশিনবগা স্বর মপী অমা শাংনা হোন্দোকই। কোকিল চাক মৈ থাগৎপা হৌরম্লে। অমুসনা পাখৎপদি ফত্তরি। কোকিল মাগী মুপীদা মঙ্গা য়েঙলগা হায়রকই—"করি তৌরে, চেঙদি?"

— চেঙগা অমত্তা রাল্লক্তে।

—করিগী?

—ও, মখোল অমা তায় হায়দুনা ময়াম পঙচেলদা চেন্নবহুদা ঐস্মু অহুম চেল্লক্লবনি।

—করিনো মখোল হায়বদি ?

—ঐস্মু খঙদে। নঙ হেক চৎলগা হুঙলুরো।

—মখোলহুনা করি তৌরগে হায়বা ?

অমসুনা হন্দক্তী শাওনিংলক্লমানে, খোঙফম অমা অনী চঙশিল্লক্লগা হায়রকই।

—লাল্লকসিদা চেঙগা রানজবা ঙমপোক্তে। মীপাই চাউজবা ঐখোয়দি।

কোকিল ইত্তপ ত্তপ হাম্নরকই—"পৈশাদি ?"

—পৈশাস্মু লৈহোরে। শেলবুদি মাঙলোই, দুকান ফল্লিবী হুপীদো ঐখোয় ইপামগী অহুরাইদগীনি।

কোকিল মক্কি শেমগৎলকই। থোঙজিন ময়াহুদা ভারিবা থাংজৌহু তাপ পায়রহুনা থোঙজিন্দু কাম্থোরকই। অমসুনা মপুরাইবব্ কীজি পায়হুনা য়াল্লি।

—কদায়দা চৎকদৌরিবনো থাংজৌহুমগা ?

—মখোল থোকহল্লিবহু থিরুগে।

—ইমাইপেম্মা, শিদনহুম তোক্কনি অরেম্বদা। ঙসি নোংমা চরা হেনবনদি শিবমক্তী শিরোইদনা।

—ঐখোয়বুদি য়ারে হায়ববু অঙাংশিংদি চরা লোইনা হেনহল্লরা ?

—ও, চেঙ রাল্লবনিনা মখোয়স্মু খরা চরা হেনবদো তমহল্লসি।

কোকিল মহৌশানা শাউগন্দে। অহুবু ঙসিদি শাউবনা মৈ হৌরপোৎনি। মীওইবগী হৌনশা, পুক হাঙলগা থৎনগনবদো মাদি লৈকাই তাখিগদরা অমুকস্মু পাখৎচে।

নোংঙাল্লে। কোকিল বাবু মাগী লাইশঙহু শেংনোক্লবা মহৌশাগী মায়বা-মায়বী অনীহু কৌরুরে। কোকিল বাবুগীনি হায়রবদা মায়বা মায়বী অনীহুস্থু হরাও হরাও ময়ারকই। শোনবা য়াবা করি করিনো পংশোন্দ শোল্লি মখোয় অনীস্থু। মহৌশাগী খোঞ্জেল থ্মগনবা কোকিলহু ওইরবোই নীংবজাৎনি। শোনবা লোইশিল্লকপা দক্ষীনাগী তাঙ্কক য়োরকপদদি কোকিলনা মাগী ইমুঙদা মোল্লি মোল্লি চঙথ্রগা লা মচেৎ ১দা লুপা তরা চৎপী মরী-মডা পুথোরক্তুনা মখোঙ-মখুত্তো তিংথোক্ত্না থুরম্লবদা মায়বা-মায়বী অনীদো মমায় থাংমুক মকশিন্দুনা কোকিলবু শংত্রক য়েংখি। মহৌশাগী কোক্তা নাম্থহুনা মঙ্গল্ পীবদো ঙসিস্থু তৌরক্কদ্রা হায়হুনা ঙৈহাক ঙায়বনি। অদুবু তৌরক্ত্রবদা মহাক হৌগৎলকই। হৌগৎলকপদা উরকই, মায়বা মায়বী অনীগী মমীৎশিংদো পৈরপ পৈরপ লৈরম্মী। রা ঙাংনদে, পুমচিক চিকই॥

## চীংগী ওঝা

উচেক-রায়াশিংস্থ ফনা ফজনা খোংগৎলক্লে। থরায় লাকপী চরোইস্থ মরুপ-মপাং কায়নবা য়াওবরা করিনো ওম্বোক্লা কন্না তেংথারকপ্লে। ঐ তুমথবা য়াদ্রে। নোংঙাল্লবরা হায়হুনা খোঙনাও মচাহু চাংদোক্লুই। অমম-অথোন শিন্নবা ছায়বহুনি। থরা থরা ঙাল্লক্লে। ইখোঙ অনীসি কাংথোলহুদা য়াম্বহুনা রাথল তৌই। মীৎকুপ্পুদনি বেনাওখোয়গী ইমুঙনা কন্না লাউনরকখিবহু। ঐনা লৈরিবা কাহুগা থংনরিবনি মখোয়গী য়ুমদো। অঙাং য়াম্বা ইমুঙগী হৌনশা পঙলাঙ লাঙবহু বেনাওখোয়গী ইমুঙস্থ হেক তেক তৌগনবনি। অহুবু নোংমদি ঐনা শাউহুনা বেনাওখোয়গী তাদহুদা ঙাংখিবদগী মখোয়গী ইমুঙহু হন্দক্তি লাংবা থরা থরা ফগ্রবনি। তাদগী অঙাংশিংহুস্থ ঐবুদি য়াম্না কিজবনি। লোন মান্নব্রংবস্থ পাথৎপগী খোঞ্জেল হরাওবগী মীনোক হায়বসিদি ঐস্থ অহুমক থঙই। অহুবু ঙসিগীসিদি হরাওবগীদি নত্তরে। লাওনরিবশিংহুদগী থরা থীৎ থরায় রানা লাউজরিবদি বেনাওগী মমা ইতৈমহুনি। "কল্লি তৌনরবজাৎনো ?" ইতোমতা থল্লি। ফোল তাদবা রাথল·

হুনা ঐদি অত্থমক চময়হল্লে। মীৎকুপ্পুদনি বেনাওনা "ওঝা, ওঝা" হায়হুনা ঐগী থোঙ নম্লরে। ঐনা থোঙহু হাংদোক্লহুনা হংলুই—"করি তৌনরে বেনাও? ইমা ববা খৎনবরা?" ঐগী ৱাহংহুদা বেনাও স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লহুনা মরোলহু ইফাই ফ.ইরহুৱা হায়রকই—"খৎনদে ওঝা, ঙসি অহীং মী খরনা ঐখোয়গী খুলসিগী মাঙদা উরিবা খুল মচাসে মৈ থাখ্রে। অতু, ঐখোয়গী খুলদোনসু লাল্লক্লে। অহুনা ঐখোয় লালচেনসে।"

বেনাওগী ৱাহৈহুদা ঐনা লাংতক্লনা হংই—"কদায়দা চেনগদবা?"

—অতুতি কিনানা খঙপ্রা? পংচেঙ্গ চেঙ্গগদবনি। অতো ওঝা, ওঝাদি চেলনিংদ্রবসু অতুম লৈবিয়ো। মখোয়না লাকপতা ওঝাদি মীতৈনি হায়না খুম্পীয়োকো। অতুবু খরদি চেকশিনবিয়ুকো ওঝা। মখোয়দি অহলনি, অঙাংনি, নুপীনি হায়পা হুংশিপা খঙতনা মীপু পংহাৎতা হাৎপনিকো। অতো ওঝা, ঐ চৎলকেকো।

বেনাওহু মমীত্তুদা শিয়াং শিস্থরহুনা ইনাক্তগী তফিং তফিং চেনখ্রে। ঐ ৱা মখা অমতসু ঙাংহৌদ্রে, করি তৌগদবনো খঙদনা অত্থমক লৈহৌরে। মীৎকুপ্পুদা বেনাওগী ইমা-পাবুং অহল ওইরবা পুপু অমদি মচে অনী মনাউ মঙাহুগা লোয়নননা পোৎয়োম থরগা ইমুঙদগী চেনথোরকই। ঐ থোঙজিন্দো কানথোক্তুনা মপালদা লেপলে। বেনাওগী ববাহুনা চৎনা-চৎনা ঐবু য়েংলগা কন্না লাউরকই—"ওঝা, ওঝা ইবোয়াইমা। ঐখোয় লালচেন্নুখিগে। করীগুম্বা পুপা নংতে। ফীরোল থরশে নত্তনা। ওঝাতি ঈশ্বরগী নোংতমতকী করীগু শোক্তপা ওইপিয়ো।"

ঐনা মখোয়গী মরক্তুদগী য়াম্না হুংশিখিবদি বেনাওগী পুপুহুগী মতৌহুনি। অহুক অহল ওইরবা চৈশু য়াওদ্রবদি থোঙ থাংবা

ঙমজদবা অমদি মমীৎফাও শেংন: উদবা মতমত্তুদা থরায় হীংনবগী-দমক লাঙ্গেল্লিবনি হায়ত্তুনা তিম্মঙ তুম্বৌ মরক্তুদা অঙম্বা চীংমায়-তুদা বেনাওনা মথুৎ শম্বিত্তুনা কয়া রান্দি চেনমিংখিবা। মত্তুনা কয়াম শাংনবু চেনগদৌরিবা? ইপাগুমলবা অহলত্তুগী অরাবদো উরুবদা পাখৎপদি তরাইথোকখিত্তুনা ঐগী মীত্তগী পিরাং মরিক খরদি শিন্থরকই। মীৎকুপ্পুদা নিংশীংলকই, থায়না ইপা ইপুশিংনা থরায় হীংনবা লালজেম্নবা হায়বত্তু অম্মা তৌরমগনিকো। অত্তুবু মতমত্তুনা অমনি অত্তুগা ঙসিগীসিনা করম্বা অমা? করিগীনোনে, রাখল য়াওদবা শা-ঙাগী মতৌগুম মীনা মীবু হাৎকদবগী তাম্নরিবা। মখোয়গী থম্মোয়ত্তুদা মীনুংশিং হায়বত্তু মচেৎ অমত্ত পক্কবজাৎলা? ইহে! ঙসিদি মেত্রিক পরিক্ষাগী হুম্নী চনবা অঙ্ক থোকপা মুমিৎ-নিদনা। বেনাওত্তু ঙরাং অঙ্ক থরা তাকপিয়ু হায়রম্বনি! পরিক্ষাদি তরাইথোকখ্রদুনা মাদি থরায় হিংনবা লাঙ্জেনখ্রেদনা। লাইরিকম্থু ফখ্রবা অঙাংত্তুবু ওন্থাকপনি হেক মাঙইদা। নহালদম্থু কন্না ওইন-জরম্বনি, ওঝানা হয়েং ইম্ফাল চৎপদা ঐবুম্থু থরা পুবিয়ু হায়ত্তুনা। ফরে, চেনখিবা মখোয়: অত্তুবু ঐদি মঙলাক্লবগুম ইখোঙসে থাংবা থোক্তুনা অত্থুমক লেপ্পুনা লৈহৌরি। মীৎকুপ্পুদা নিংশিংলকই, মুমগী মুপীগী রাহৈশিংদো—"হৌজিক চীংগী ঈরাং য়াম্না কত্তে হায়-বনি। ওঝাগা ওইবা অমত্ত চৎপিরম্থু। য়ুমদা অম্থুম লৈবিরো। কত্ত-মুংদ থোক্লগা ঐখোয়দনি মাঙজগদবা। তলবনি হায়দুনা তৌরিবত্তুম্থু হৈক্রেমনাদা য়োম্বগুম্বনি। য়েংউ, নমাম্নবা বীনোয়ম্থু চীংদা ওঝা মওইরিবনি। নোংমতম্থু চৎপা উদে, তলবম্থু নঙোন্দগী কোকথোং অমা হেম্না ফংলিবনি। কান্নদে, কান্নদে, ঐগী রাদি উ-গুবা য়াওগেরা? চেক শাবা য়াওগেরা অমদি তৌহৌসি। মত্তুনা হেম্নত্থুম কান্নগনি। নঙনা হায়নবা ইকায়রবম্থু ঐ অরাংগী খুড়া

মণিদা চৎলগা ঙাংনবিরুগে।" খল্লুবদা নোক্লীংলকই, অদুবু তৌ-রক্লিবা মওংসিনা হায়রুরবদি মাগী রাহৈদো মচীন্দা লাই তোংবগুম করিমত্তা হেক খেৎতোক্লিংঙাই লৈত্তেদা। নিপানি ঙম্মী হায়দুনা মাগী রাহৈ খুদিং নমহৎলম্লগা মহৌশাগুম উথ্রূলনিদা ওঝা অমা ওইনা লাকথিবনি। তৌজিক্তি করি তৌগনি, থোরকপা খুদিঙ লাইবক্লীনি খম্বোকপা তারেদনা।

ঐনা হাইফেত্তং লৈথোক্তুনা য়েংবদা উরকই, মখোয় তরামুক প্নরেং শানা মখাগী লম্বীদগী কাখৎলকপদো। ঐ খায় লাউই, শোয়ব্রেদনা ঙসিদি লাইবক থীবা। লাই থাজগনবা ঐনি অদুবু মতাংসিদদি ফনা ফজনা মুংশিরকই। চীনবানসিদা হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ হায়দুনা অমুক অনীরক শোন্দুনা কোক্তগী খোঙ ফাওবা ইতোমতমক নাম্বজে। চেল্লুদুনসু হীংলরোই। হেরা, ঐসু নিপা মচানি, থশ্মোয় অত্থক পীকপা হৌনদে। থোক্ল-থোক্লবনি. মখোয়সু মীনি থেংনবা তারেদনা। স্বব পুংফম য়েংঙি, য়েত্তদি লৈ। মায় পাক্লবা য়াই। ইথস্তা রাখল অমুক চাউথোকচৈ। ইনাক য়ৌ-শিল্লক্তরি, লাপলপ্পা মখোয়শিংদুগী মরক্তা অমনা রা হায়রকই। মখোয়গী মরোলনি ঐ খঙদে। অদুবু ঐনা থনবদা নঙ কনানো হায়দুনা হংলকপা মাল্লি। ঐসু খুমখি—"ঐ ওঝা ইবোয়াইমনি।" অমনা অমুক মণিপুরীদা হঙলকই—"তাংখুল?"

—"নত্তে, ঐ মৈতৈনি। ইম্ফালদগী মফমসিদা ওঝা ওইবা লাকপনি। চহী মঙারোম শুরক্লে।" ঐগী পাউখুমদুদা মখোয় ঙৈহাক ঐবু যুম্না য়েংই। মখোয়গী মরক্তুদসু ঐনা খঙবা মখোয় মরীমুক্তি ময়াওরি। নোংমনি, মখোয় খরা লাক্লগা শেল খরা মতেং পাংবিয়ু হায়রবদুনি। মদুদা ঐগী তনবকা ইমুং-মনুংগী রারীগা লীখিবান। মদুদগী মখোয় অমুক লাকখিদে। ঙৈহাক পুমচিক চিক্লূরবনি। অচিকপদু থুগায়দুনা মশম খরা শাংবদুনা হংলকই।

— য়ুমশিতি মী অমৎতা লৈতপ্রা ?

— হোয় লৈতে, লোইনমক চেনগ্রবনি ।

তাঙ্গাহ্নদা মখোয় অনীনা বেনাওখোয়গী ইমুঙদগী বেনাওগী বোবোক্তো শোরো শোরো লাক্লা চিংথোরকই ।

— হায়মা । ঐদি ঙসায়মথৈ অহলসিগী রাখলদি কাউথোকলুরে । নোংমা পাম য়াল্লিনৈদা উ অমা তেক্তনা মখোঙদা নলবদগী মখোঙসে থাংবা য়াদনা লৈরকপা চহী কারকদোরবনি । মখোয়গী মতৌহুদা ঐ শাউনিংবনা ফুনগৎলবা চরমনি । ঙাংনিংবনসু চীনবালসে থক-খা ফন-ফন চোংলকই । অদুবু মপাল থোক্লা শাউবদো উত্তুনা মখোয়গা মুক্লরবদি য়াবা নত্তে । ঐগুম্বা অমদি পংকুই কুইগদবা মান্দে, মখোয় তরামুক্তুনা । অদুনা ঐনা ইতপ তপ্না থাম্মী ।

— ইনাওশা, অহলসে মশা ঙমদবা কুইরবনি । য়ারবদি নখোয় শাউরনু, অহলসিদদি ঐগী মায় য়েংহুনা থম্বিরম্মু ।

ঐগী রাহৈদু মখোয়না তাদে । ঐসু খাম্বদি লেপ্তে । ইতৎ তত্তুনা ঐনা খাম্মনবহুদা মুংশিরক্লবরা করিনো হন্দক্তি অহলদো থাদোরক্লে । কিবনা লাইহৌ তৌরম্লবা ইশানি । অদুবু থম্মোয়সে থরদি চাউথোকচরক্লে । অহলদু কনবা ঙমজবহুদদি । চীনবালসে খজিক কাখত্তুনা হায়ফেৎ ঐ নোকচবতা ঙাইরিঙৈহুদা মশা-মউ থরা ফবহুনা অরোয়বা ওইনা হায়রম্লগা ইনাক্তগী চৎখিবদো ।

— ঙসিগী নুমিত্তা ওঝাসু মফমসি থাদোক্লদবনি । মহু নত্রবদি কয়া মুংঙাইরোই ।

ঐ শ্বায় লাওই । মকা লামলুরবা মায়থোংসে অমুক শাউনিংলকই —"করিনোনে, মখোয়সিবু মী নত্তব্রা । ওম্মোক্লসু তমথিব্রেদা । ঐসু নখোয় অমদি মীয়ামগীদমক খন্দুনা মফমসিদা ওঝা ওইবা লাকখিবনি । ফরবসু ফত্রবসু ঐসে ওঝানিনে ওঝা । চীংগী ওঝা.... ॥

## অথেলপোৎ

মণিহার বাবু লমদমত্তুগীদি মচান চৎপা অমনি। থোদোক খুদিং চীথগন্দে, ওঝা মচা অমম্ হান্না ওইরম্মী। চা গ্লাসতু অমুক অনিরক চুপ্লুরগা তপ্পা হায়রকই।

—থাজদেদা ইবো, ঐখোয়না পীশক পীক্লিঙৈদগী ঙসি চহী নীফু হেল্লবসিফাও শেম্বিরক্কবা লম্বীনি। স্কুলতুসু মতু মঙাই। ওঝানি মফম মরাং খঙদবা অম-অনী কাবোই-কাদবোই।

ক্লবকী মেম্বরশিংতুগী মরক্তগী অমনা ওঝা মনিহারগী রাহৈ-তুদা মথা তারকই।

—অচুম্বনি ওঝা, হন্দক্তি মন্ত্রীদো শোয়দনা লাক্লনি। নহাল ঐখোয় ক্লবকী মেম্বরশিংদা য়াম্না ফজনা রারী তৌরকই। লম্বীতুগা স্কুলতুগা শেমজিনবসু সরকারগী মায়কৈদগী অঙম্বা মতেং পাংলনি। অতুগা স্কুলতু শঙ্গাবতুদা লাক্লগে হায়তুনা বার্তনফাও লৌহৌরবনি।

—হোয়, হোয়, অতুম্নবু হায়বিরক্লবদি ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।

—ওঝা, স্কুলদো হংচীৎসি শঙ্গারসিরা খল্লি। ওঝানা সভা-পতি খরা ওইবিয়ু।

ওঝা মণিহার ইত্তগ ত্তয়া হায়রকই।

—ঐগী য়াদি নখোয়না হায়বা খুদিঙ য়াইদা।

—অতৃদি ওঝা, ঐখোয় অমুক য়োৗজশ্রপে।

—ফনি।

ময়ামদো মথং-মথং থোকখি। ওঝা মণিহার রাখল তৌহৌই।

—হন্নক্তি মন্ত্রীসে খরা থাঁনা চৈহোৗদবা য়াদে, ক্ষ্ সিবু লৌখৎ-পিনবা। অতৃগা লম্বী সড়ক্লি হায়বসিনা মরোল অমা নোং তারগনা পুন্রি· নোং তান্দ্রগনা উক্ফুলনা লৈচিল। ভোট কাখিবা মুমিৎতুদগী উবা ফংখিদবনি। মসি কৌবোইরে, রাজনিতি হায়বতৃ। অতৃবু ফজ-বা রাহৈনা চৈবা তাবনি। নত্রবদি স্কুল কৌৈখৎপদি লাইরদনা ইচাউ চাউনা চৈ চাদনা ভোক্লনি। রাখল অমদা তাউজরিবা ওঝা মণি-হার মাগী মুপী ইবেলৈনা চংশিল্লক্তুনা হায়রকই।

—করিনো, কনাবুনো চৈ চাগদৌরিববো ?

—হেরা, হংচিং অসি মন্ত্রি লাক্লদৌরি। মতৃদা সভাপতি ওইবদা ঙাংনবা রা খল্লম্লিব নি। নঙস্থ খরা কে-মৌতৃনা মুমিত্তুগী অথেলপোৎ লানবতৃ য়াওতুনা মাঙ খরা থারকউ।

—হোয়, হোয় খবক লৈরগী হৌনবা, মীগী মণ রাইনবতৃ খাম্বা য়াওবা হায়বতুনি।

ওঝা মণিহার মশাদো ইয়েং লেঙদে, তয়া হায়রকই।

—মীয়ামগী খবক্তা ইশাগী মতম খরা কাইথোকপা পাম্মুরবদি করম্না মীয়ামগী লেবা ভোগদৌরিবা।

—ও, ঐগী য়াদি করিমত্তা হেক কান্নদেসে। হৌজিক্কী মতম-সিদবু মীয়ামগীনি হায়তুনা নত্তনা চাবা থকপা চংদবমখৈ হোৎনরি-সে, মীনা মী ওইনস্থ মশীং থাদবদা ..।

—ঐনা তৌবা থবক্তা ঙাংনরিবশিংদো মথদাং চোক্লগা তোকচনি। শাউরুম্নু, কৈথেলহূম থোক্লহূনা ঙা লৈরু চাথোক্‌সি। ঙসিদি রাখল মুংঙাই।

—কৈথেলগা কনা'ত' চৎনদেদা।

—করিগী ?

—ও বন্দ লৈয়ে।

—ইহে, ঐদি বাউবু কাউকরে। ঙসিনা করিগীনি হায় ?

—কঁনানা থংপোৎনো, অঙাং নিঙাই তৌবগু বন্দ হেক্তা তৌবা, লৈবাকঁসিদবু ।

—লুদি লুখ্রে, চহী থরসিদা হোংলক্লিবা মওংসে ইরমদমসিদা।

—অতৈ লাইরি, লৈরিবা ইখোল মচেৎসিমগা য়ুমসিগা ইচাম্নুপী বীনাগী মীংদা পানবিরসি।

ওঝা মণিহার মাগী মুপীগী মাহৈছূদা মমীত্তো হাইকেৎ পৈরপ য়েংলগা হায়রকই।

—ময়ুম পানগ্রবী বীনাদা ঐখোয়গী য়ুমগা ইখোলগা পীগ্রসি হায়বা ?

—হোয় ।

—ঐখোয়না কদায়দা লৈবা ?

—ঐখোয়গীবু ঙসি হয়েং থঙত্রবসিদবু। তৌরিবা ঈরাংসিদা।

—ঙাইখো, ঙাইখো মতম থরা হিংমিন্নখিসি ।

মস্তি লাকদবা মুমিৎনি। ময়ামহূ পংলাংদা লাংনৈ। চাউগ্রবা লম্পাক্তু মীনা পুমথন থল্লি। ক্রবকী নহারোলশিংনা করি করিনো লমু মুংবা, ফেসটুল থেৎপনচিংবা শেম-শাবা ল্লোইরে। ওঝা মণিহার য়ামা নাম্না মাগী পামজবা ফি শেত্তুনা থোরকই। মশাদো

মোং হাদে, চিং লেন্মী। উনা শাবা মুর্তিহুমঙাই। রাং চাউই, লেমই। লরাই ওইরপ ভাংলিবা মকোক্তো মথুত্তুনা মশমচু নাল-নাল্লজৃনা লাকই। ওঝা মণিহার য়ৌরকপচুদা ময়ামচু থরা হরাও-নৈ। ক্লবকী লুচিংবা অনী অহুম্না মহাকপু ওক্লম্মী। কনা কুইরে, মন্ত্রি ঙায়নরক্লিবা মীয়াম্মা। সুংথিলগী পুং মরি হেল্লক্লে। মন্নামদো ঙরাংনরকই। ঙাংনরকই, হঙনরকই।

—হৌজিক লাক্লবস্থু রা ঙাংবগী মতমদি লৈররোই। শক্তা উৎপদ্ধনদি কৈদৌনি। ইলেক্সনগী মতমদদি ইথোঙবু পায়বনে, কপ্পু কপ্পনে. অঙকপনি। ভোট কাথিবদগী মশকক্কাও উথিত্র-দবনি। হন্দক্কী মন্ত্রিদা নত্তে, মমাংঙৈদগীনি। ঐথোয় কেন্দ্রগী মন্ত্রিসিদবু থরঃ মতৌরে।

—ঙাইথোদা, ঙাইবগী ঙাইবা ঙৈহাক্তি ঙাইমিন্নথিসি। কয়াম কুইনি হায়বগে, গাড়ীদা লাক্কদবচুবু…।

—ঐথোয়দি নহালদস্থু হায়থিবচুনি। এমঃ এলঃ এঃ মন্ত্রি হায়বসিনা ঙাংবা রাদি অঙাংগী মচিনগুম্বনি।

—হেরা, নথোয়স্থু নচিন অমা পাল্লি হায়চুনা পঙাংদা হেক ঙাংলদনা। মচু য়াপোস্তে।

—য়াদদনবু শক্তীসিদি নথোয় কৈদৌরুগে হায়বনো ?

ময়ামচুদগী থরা অমদি শাউনা হৌগত্তুনা মফিফাও শেম্ন-রকপা য়াওরক্লে। চরাংনরিবা ভাঙাচুদা মন্ত্রিগী রার্কর অনীথংক হাইরং হাইরং চংলকই। মীয়াম মরক্তুদগী অমা অনীনা চংশিন্দুনা হংঙী।

—ঙসি মক্কমসিদা মন্ত্রি লাক্লরোইত্রা ?

—কনাগী মন্ত্রিনো ? ঐথোয় সারদি নহালদগী তুর প্রোগ্রাম চৎত্রি। থা মথায় অম চংকদবনি।

ময়োলদো ফাইরগা মমীৎ মনা ওক্তোক্তুনা হায়রকপনি। অচাকপা মৈদা ঘী হৈবা হায়বত্থুনি। ময়ামত্থুদগী থয়া থোয়ক্তুনা লাক্লিবা মন্ত্রিগী য়ার্করনি হায়বা অনীদো ফুবা হৌগৎলকই। অত্থুবু অমুক অনীরক থাবত্থুদা অত্থুমক তুপ্রে। অত্থুগা অমনা শাউরবা ময়ামদো থয়া অমনা অমুক থেমজিল্লি। ওঝা মণিহার কোইচেল-চেলত্থুনা মীয়ামদো থামজিল্লি। অশোকপত্থু ঈশিং থা-রত্থুনা লাইকয়ে। ওঝা মণিহার মথুৎ মশা থাঙগত্তুনা ইপা পাথৎনা লাউজরকই।

—ময়াম অমুক্তা তপথনিয়ু। অশোকপসিস্থু ডাক্তরদা পুনবা তৌসি। শাউবা য়াদে, মন্ত্রিদো চৎতবা য়াদত্থুনা চৎখিবা ওইরম-গনি। হয়েং অমুক শংলবকান্দা লাকচনি।

ময়ামদো থরদি তপথনপ্রে। ওঝা মণিহার তপ্পা য়াথল তৌই। হয়েং অমুক্তা লাক্তুবদি কমদৌবা। মীৎকুপ্তুদা গাড়ী জীপ অমা থৌজিল্লকই। ময়ামদো থয়া থয়া হন্দোক্লখি। অশোকপত্থু গাড়ী-ত্থুদা হাপকৎখ্রে। ওঝা মণিহার কল্লি থোক্লগদবা হায়ত্থুনা স্বর মপী অমত্তং শাংনা হোল্লহনা তুমিন্না লেপলি। মীয়ামত্থুগী মরক্তা ঙৈহাক লৈরগা পুলিস অমা অনীনা হংলকই।

—ঙসিগী মীটিনসি কনানা কৌবনো?

ওঝা মণিহার ইতপ তপ্পা খুমজে।

—কল্লিগী ওইবিরবনো?

—মন্ত্রিগী মী কুরিবা, অমনা শোক্লিবা মত্থুগী দায়ত্ব্য নথোয়-নথোয়না পুগদবনি। কায়দে, লাও গাড়ীদা কাখৎলো চৎসি।

উপাই লৈতে ওঝা মণিহার। ইহৈ হৈনীংদনা গাড়ীদা কাখৎ-লে। ময়ামদো ইচিক চিকই। গাড়ীত্থু হেক থোঁখিবগা ময়ামদো তুমিন তুমিন হল্লখি॥

# লফু মখোঙদুগী লাইথি

মেরাগী পুনিমা নুমিৎনি। থাবলগী ফজবদি করি অমুক হায়রুনি। পুনিমা পুন্নমক্তগী মেরা থানা অথোইবনিদনা। পুক্রি মপালগী লফু মখোঙদুগী লুবাক অমদা হাপ্লগা য়াওরিবা, থম্বালনা অঙাং ওইরিবৈ শান্নজরম্বা লাইথিদো ঙসিদি মমীক্তো তরং তরং পাংথুনা মেরাগী থাবলথু য়েংবগুম তৌই। থম্বালম্থু মাঙ্গোল উখোকদেন্দুদা ঙাথত্তুনা ফম্নগা মাগী হৌথ্রবা পুন্সিগী ৱারীশিংদো মতোমতা থেঙলবা অহীংগী থাবলথুদা নিংশিংজরি। ঙসিদি থম্বাল পুন্সিগী তাঙ্কক্তা চহী তরামরি-মঙা গুজরে। মশক মতৌম্থু অথুমক চঙখোল্লি। "থম্বাল" হায়বা মীংসিমক শক্কা হেক চপ চানে। মতম অমা মানা অঙাং ওইরিবৈ, থরায় তানা শান্নজরম্বা লাইথি-শিংথু থম্বালনা চহী তরারোম হায়রকপগী অথুৱাইদা কছারদগী ইম্ফালদা থবক পোস্তিং তারবা। ইমুঙ অমগী অঙাং খরা শেন্নাও কোল্লিক খরা ফেং, অম্মুম্মা থাদা মাগী ইমাদা লুপা খরা পীরগা থম্বালবু ইমুঙথুদা লৈহল্লকখিবনি। থম্বালনা মীগী য়ুমথুদা চৎলম-দাইদা মাগী লাইথিশিংথু পুক্রি মপালথুগী লফু মখোঙথুদা লুবাক মচা অমদা হাপ্লগা হুন্দোক্লম্বনি।

থম্বালগী ইমা চাউবী সহরগী মচি অমদা ফকচেৎ খরা খাজিন্দুনা হোটেল মচা অমা ফম্নগা হীংনবগী ল্যানফমদা ল্যাপ্তুংনরি। থম্বাল অঙাং ওইবগী মুংঙাইবা মপুন্সিদা ফংজরকখিদে। মম্যান্নবী কয়ানা লাইরিক তম্বা চৎপা উরগা মাগী মীৎলুদা পিরাং শিন্থক্লে। অঙাং ওইজরবস্তু থম্বাল মীগী য়ুমদা মমল লৌতুনা লৈরিবনিনা ইমুঙ অমগী থবক-ইথ্যাং শু-নোমতুনা ইমুঙতুনা য়ানবা চৎচরম্মী। মশাতু ঙৈহাক্তা পোথাজদে। অস্তুম্না চহী মঙারোম য়ুমতুদা লৈরক্লবা মতুং ইমুঙতুগী ওফিসারত্তু ঙসিদি মখোয়গী ময়ুম অশেংবা কছারদা অমুক চৎত্রে। থম্বালস্তু মমাগী ময়ুমদা হল্লক্লে।

ঙসিদি থম্বাল হোটেল মচাতুদা মমাগী মতেং পাংশিন্দুনা হীংনবগী পুন্সিদা মায়োক্লরি। নিংথিবা লৈকোল লৈরাংগী কৈনম্না লৈকাই লাপ্লক্তুবস্তু, ফজবা শক্তী রারীদি নাকোং কয়াগী পোথাফম্নি। থম্বালগী ফজবা শকী রারীদি ঙসিদি লৈকাই লাম্না থজনরক্লে।

নোংমনি, লৈকাইতুদা লৈবা মুপী অমনা থম্বালবু লুহোংনকরা হৌদোরকখি। থম্বালগী ইমাস্তু হরাও-হরাও য়ানিংবা উৎখি। মরমদি, থম্বালনা লৈরুগদবা ইমুঙদো ইনাক-কৈরাক থুল্লি। থম্বালগীদমক্তি মফমতু য়াম্না নুংঙাইনা লৈরুগনি।

থম্বাল অঙাং ওইজরবস্তু ঙসিদি লুহোংবা তারে। থম্বালগী মমানা থজবদি থম্বালনা ইমুঙতুদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈখিবা অসিতনি। অতুবু নিংশিংদবদি নত্তে, থম্বালগী ইমাস্তু ঙসিগী মৈতৈ সমাজসিদা ঙম্না য়ুম পানবগী অমাঙবা অমদি থম্বালন। ইমুঙতুদা মৌ অমগী শক্তম লৌবদা মওং কয়া তারোই। অতুবু লাইবক খিরবী থম্বালনা হয়েং রানা হিংলুগদবগী শরুকপুদি অঙাং ওইজরবস্তু মুংঙাইত য়াইফরবা ইমুঙতুদা মোমোন নোক্না হীংজরুবনা কৈ। অস্তুম্না থম্বাল

লুহোংবগী মুমিং তম্নগ্রে।

হয়েংনি থম্বালগী লুহোংবা। অসুম্না থম্বাল ওসিগী মেয়াগী খাবলত্তুদা মজোমতমক তুম্মিন্না ফম্লি। অমুকহু পুন্সিতুগীদমক খল্লুবদা ওরাংতা ওইখিবা মতমত্তু কয়াদা মুংশিরকই। লাইরম্বী মমাগীদমক মতেং পাংবা ওইনা ইনাক খুনবা ইমুণ্ডদা মতম কয়ামুক লৈররে। মত্তুগী মতুং ওসিদি পুন্সিগী তাক্কক অমগী শক্লোনদা য়ুম পান্দুনা মৌগী শাংদা অমুক চনবা তারে। থম্বাল রাথল অমদা তাউরিবত্তু মরক মরক্তা অকংবা উনা-রানা কেল্লকপগী মখোলনা হেক হেক লক্লবকই। মেয়াগী থাবলগী ফজবদি অথেংবা অহিং য়ৌরক্লবা মতমদনি। থম্বাল মমীত্তো খজিক য়েংখৎলুবদা থাজদো কোক্তোন লাল্লম্নে। থম্বাল ইমুণ্ডদা চণ্ডলক্লে। তুমথরগে হায়রত্তুনা ফমুণ্ডদা কাখৎলে। তুমথবদি য়ারমদে, মমাবু থাদোক্তুনা চৎলগনি খল্লুবদা অমুকহু থম্বাল পিরাংতনা মোনখুমত্তু গুমচোৎ চোৎলে। নিংওমদবগী রাখলনা নৈহৎলবা থম্বাল লোইশিল্লক্লবা অহিং মমৈত্তুদা ঙৈহাক তুমথগ্রে।

নোংঙাল্লে। লৈকাইগী মমান্নবী খরনা খুদৈ মতেক অমা অনী, ফনেক অমা অনী পাংবিরকপত্তুগা মম্বানা মাগীদমক তম্বিবা অউনপোৎ খরত্তুগা ফনদি য়ামজরে হায়ববু মতমসিগী চৎনবীগী ছেরকালাদা থাঙ্গৎতুনা ওনবা তারবদি থম্বালগী অউনপোৎতু শরুক মরী থোকপগী অত্থমদি শোয়দনা রাংকনি। থম্বাল ওসিদি অত্থমক লুহোংগ্রে। মমা চাউবী মহৌশা মাগী হোটেল ওসিদি মরক মরক্তা থোঙ লোনবগুম তৌই। থম্বাল লৈতবদা মুমত্থুম ইহাঙ হাঙই। চাউবী মচাগী উনখিবা অউনপোতো ইয়াম য়ামখিদে। অত্থনা মহাক অশংবা মতমদা পৈশা হেন্না ফংগদবা থবক থিত্তুবা শেংঙ্গ কয়া তাল্লি। মত্তুদগী শেল খরনা মচাগী অউনপোৎ খরা লৈ-

মিরগা তম্নীখিগে খক্লে। ওসি চাউবীনা হীংলিবা পুন্সি মহিংতুগা থম্বালনা লৈখিবা ইমুঙতুগদি য়াম্না খেৎনৈ। ওসিদি থম্বালনা মুহোংখিবসি থা.অমরোম কারক্লে।

৮। নোংমনি. থম্বাল মশম-মনাদো ইফা ফারদুনা লাইরবী মমাগী খাঙপোক্তো তম্মা পরপ পরপ লাকই। চাউবী ইথুঙদগী মপাল হেক থোরকপদা থম্বালগী কায়রবা শক্তমতু উবদা খাই লাউই। অসুম্না থম্বালগী শক্তম ওইরক্কনি হায়বদি চাউবীনা থাজরুদে। মচাগী নাক্ত পরপ পরপ চঙশিন্দুনা—"করি তৌরক্লে ইবেম্মা ?"

পিরাংতুনা চোৎলবা মায়থোঙতু নত্তুনা রাহে অমত্তা খুম্লক্তে।

—করি তৌরবগে মুপীমচা ? নত্তে খৎন-চৈনবগা য়াওব্রা ?

—ইমা, সহরগী ফুরা-দলান্দো ঐ ওসিদি য়াম্না কিরক্লে। মফমতুদদি মীগী মমলসু লৈরমদে।

মচাগী রাহৈতুদা জ্ঞান তাদতুনা চাউবী অমুকন্থু হৎই।

—করিনো নঙনা হায়রিবতুবো ? সে. ইমা লৈরি। মুংঙাই-তবা তৌগনু, ইমাদা শেংনা খুম্মু।

থম্বাল ফারবা মশমতু পুনশিল্লি। অতুগা হায়রকই।

—ইমা, ঐগী লুহোংবতু নিংথীনা ফীজেৎ লৈতেংবিদ্রবা লাইশ্রি লুহোংবা শান্নবগুম মখোয়গী মফমদদি থোক্লরমানে। ইমানা অম্বিবা অউনপোৎ খরতু চৎনবীগী ছেরফালাদা খল য়াওরমদ্রে, মখোয়গী মমীত্তুদি। মতম খরদি ঐসু মখোয়গী মরক্তা হীংবা ওম্নবা কন্না হোৎনরম্বনি। অতুবু মতু ওমলক্তে।

মচাগী রাহৈতু তাবদা চাউবী মীৎলুদা খাম্বা নঙহৌদনা পিরাং মরিক খরা চেন্থরকই। হৌজিক্তা ঐ লৈ হায়দুনা চাউথোক্লবদো অক্কিবা ফাওরকই। কনাদবুদি তাইনরুগনি. করি উপাই পুথোক্ত-না মচাগীদমক থোনা কনা লেপ্লুগনি চাউবী।

থম্বাল ঙসিদি মকমত্তুদা অমুক চৎলু য়াখিদ্রে। থম্বালগী থম্মোয়না য়াম্না রারোৌখিবদি মুপীবু মমল য়াওদনা শান্নপোৎকুম খনখিবা মাগী নিপাত্তুনি। থম্বাল ঙসিতা খঙলকই, পুন্সিসে হীংবদা অসুক লুই হায়বা। ঙসিগী তাক্ককসিমক মহাক্কী মকমদদি মঙগুম্বনি। থম্বাল অত্তুক নিংথীজরম্বী মায়খোঙত্তু ঙসিদি শকক্কম অমা ওনখে।

ঙসিসিনি, থম্বালগী নিপাত্তু অতোপ্পা মুপী অমগা লুহোংবা। থম্বাল মুমিদাংরাইরমদো মতম কুইনা থাদোক্লরবা মাগী লম্ফু মখোঙগী লাইখিশিংত্তুগী মনাক্কা চঙত্তুনা পুখি মপালত্তুদা তপ্পা ফম-খখে। মীকুপ্পদা তারকই, ধন-যন্ত্র-সঙ্গিৎ কয়াগা লোয়ননা লুহোংবগী খোঙচৎ। লাক্কদোরিবা লম্বীসু থম্বালগী খোঙ্গাল-মক্কুদনি। থম্বাল খোইনা নাচুংলুদে। পুন্সিত্তু অত্তুমক হীংলগে থগ্লখে। চহী য়াম্লবা লুবাক মমুংগী লাইখিত্তু ঙসিদি হাংদোক্লবদা রা মচেৎ অমত্তা ঙাংলক্তে। মতম কুইনা মাগা কায়নরুবত্তুদা ঙসিদি থম্বালগী শক্কমত্তু কাউথোকখমানে। থম্বাল মীৎলু অনীদগী চেম্থরকপা পিরাংশিংত্তু লাইখিশিংত্তুদা পোব পোব লাউনা তাশিনখি। থম্বাল তপ্পা হায়রকই—"নখোয় ঐনা মতম কুইনা থাদোক্লরে হায়ত্তুনা ঐগী ওল্লবা শকক্কমসিদা শকথঙ-বিত্রবরা? ঐ মতম অমদা নখোয়গতা লৈমিম্নরম্বা, নখোয়বু লুহোংবী হেক হেক শান্নবিরম্বী নতা থম্বালনে ঐ। ঙসিদগী ঐ কদায়দসু চৎলরোইকো, নখোয়গা অত্তুমক লৈমিম্নরসিকো॥




লোইরবা

## থম্বালনু পব্লিকেশনসনা পুথোকচরবশিং ঃ

১। য়াইরিপোক থম্বালনু (শৈরেং)

—রঘুবীর থিয়াম (১৯৯৩)।

২। থম্বালনু

(থা ৬/৬ কী সাহিত্যগী চেক্ষোঙ)।

৩। অল মণিপুরী রাইতর্'স ফোটো অলবম।

৪। মতমগী মণিপুরী শৈরেং

—রঘুবীর থিয়াম (১৯৯৫)।

৫। সুংশি লম্বী চৎপা (অনুবাদ)

—নন্দকিশোর শর্মা (১৯৯৫)।

৬। হিমাই চুম্বিত্রবা হিনাও (শৈরেং)

—চনম্বম লক্ষ্মন মঙাংচা (১৯৯৫)।

৭। য়ুম্রবা তিথাং (য়ারী মচা)

—চন্দ্র লাইশ্রম (১৯৯৫)।

৮। চৈনা ফংহবা শাদানবা (য়ারী মচা)

—প্রেমকুমার পাউনম (১৯৯৬)

৯। মৈত্রবাকী স্বরিক পরেং (শৈরেং)

—ইবোমচা খুমন (১৯৯৬)।